# ꯂꯧꯁꯤꯡ ꯄꯨꯀꯩ

# লৌশিং পুকৈ

(ৱারী মচা)



থৌনাওজম বীরমঙ্গোল সিংহ





লোশিং পুক্তে
*য়ারী মচা*

*অইবা* ঃ থৌনাওজম বীরমঙ্গোল সিংহ

*ফোংজবা* ঃ থৌনাওজম বাসুদেব সিংহ

*অহানবা ফোঙবা* ঃ ২৮/০৯/২০০৭

*মশীং* ঃ ৩৫০ /-

*মমল* ঃ লুপাঃ ৭৫ /-

*ফংফম থোকপা* ঃ অইবা



---

নম্ফম ঃ এমঃ আরঃ প্রিনর্টস, সগোলবন্দ মোইরাং লৈরক মচিন,
ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১

# অইবগী মত

লৌশিং পুকৈ হায়না মিংথোনবা লাইরিক মচা অসি অচুম্বগী মপাঙ্গল উৎপা অমসুং নাপলনা কয়াম মাংহনবা খঙহঞ্জবা ফুঙ্গাৱারী অহুম্না পুস্লিল্লগা শেমজবনি। অহানবগী *"লৌশিং লৈবা নাপেৎ"* কৌবা ৱারী মচা অসি অপঙবনা নাপল য়াম্না তৌগল্লি হায়বা উৎপা লিলা মচানি।

লীলা অসি ১৯৮২ অঙাংগী থৌরমদা AIR, Imphal না শান্নবিখি। মথঙদা কবোক্কী নোং চুখি হায়রিবা ৱারী অসিসু পাখত্তবদগী মায় পাকপা ঙমখিবা লৌশিংগী লীলানি। ৱারী অসিনা খংহল্লি মপুরোইবা লৈখ্রিদ্রবী মচা লৈরবী লুখ্রাবী অমনা করি করি থৌদাং লৌফম থোকপগে হায়বা উৎপা লীলানি। নিপাশিংনা মশক ফজবী লুখ্রাবীগী মচাশিংবু করিগী নুংশিবিবনো ? মমা মপা অনিমক লৈজদ্রবা মারাইখক থিরবা অঙাংসিংদনা করিগী হন্না য়েংবিনিংদ্রিবনো ? নিপা ওইবাশিংনা নুপীবু ইজ্জৎ ৱাংনা থম্বী-নবা লীলা মচানি। লীলা অসিসু ১৯৮২ দা AIR, Imphal না অঙাংগী থৌরমদা শান্নবিখ্রে । অদুগা DDK, Imphal নসু ২০০৫ দা Telecast তৌবিখ্রে। মথংদা ইশানা ইশাবু ঙাকচরসি হায়বা লীলা অসি Song& Drama Division, Imphal, Govt. of India না লৌবিখ্রবনি। লীলা অসি মরুওইনা HIV Awareness কী ওইনা ইজবনি। নাপল য়াম্না তৌগনবা নীশা শিজিনবশিংনা মশাবু মাংহনবা ঙম্মী হায়বা উৎলি। ৱাখল খন্থবা ঙমহৌদবা নীপাশিংনা মশানা মশাবু মাংহনজবতা নত্তনা মাগী নুপী ফাওবা মাংমিন্নবা হায়বদি নীপা অদুনা মাশু লায়না অসিনা শিরনি খংলবসু মাগী নুপীবু মথৱাই কনবিবা ঙমদবা মচা য়োক্লবা থনম্বা ঙমদবা উৎপা লীলানি। লীলা অসিগা ৱারী হায়রপ মান্নবা *"ঐখোই মংলান্দা ওইনা লাকচরগে"* হায়বা লীলা অমা AIR, Imphal না ২০০৪ দা শান্নবিখ্রে মরুওইনা ৱারী

অহুমসি মপাঙ্গল ফনা কল্লবসু পংবু পংলবদি অমসুং পাখংকল্লবদি মাগী মপাঙ্গল অদু অরেম্বদা মাংখি। অদুগা শোল্লবসু পাখংকন্দবা তপথবা অমদি লৌশিং লৈরবদি অকনবা অপংবদুগী খুদোংথিবা মতমদা অশোনবগী লৌশিংনা কনবা ঙম্মী হায়বা উৎলি। অদুনা লাইরিক অসি লৌশিং পুকৈ হায়না মিং থোঙ্গবনি।




পাংজদ্রবা

টি এঁচঃ বী এম সিংহ

সগোলবন্দ লৌখাম লৈরক, ইমফাল।

ফোনঃ ৯৮৬২০০৮৯০৬
৯৮৬১৫৩৯৬৬
৯৮৬২৪৮৫৪৮৮

# পাঙ্গলদগী লৌশিংনা হেল্লি

অঙাং ময়াম পু পু তোম্বা ! ৱারী অমতা লীবিয়ু। তোম্বনা করি ৱারী লীবিয়ুগে ? অঙাংশিংনা লৌশিং ফংগদবা ৱারী লীবিয়ু। তোম্বনা পাঙ্গলদগী লৌশিংনা হেন্না কান্নবগী ৱারী লীবিরগে।

থাইনা মমাংঙৈদা লৌশিং য়াম্না শিংবা নাপেৎ অমা লৈরম্মী। নাপেৎ অদু নিংথৌনা মশম কক্লবা কৌরম্মী। মহাক অসি নিংথৌনা য়াম্না চাল্লম্মী মহাক্লা ঙাংবা শকপা তাবা য়াম্না নুংঙাই অদুদা শুম ৱারী শাদুনা লৈথোকপদগী নুংদাং খর থেংদোকখ্রে। ময়ুম হল্লগে হায়দুনা থোরকপদুদা কোনুংগী সনথোংদা কৈ লামচা অমা লৈরম্মী কৈ অদু উবদা মহাক পাখৎলম্মী। অদুদগী মানা খল্লি পাখৎলিবসি কিবননী কিদ্রবদি পাখৎলোই খল্লদুনা লৱাইদা মখুৎনা নাঙ্গরগা মশম চপ য়ুংখৎলিবদু নমথরগা কৈদা মুন্না য়েংদুনা লৈ। কৈ অদুনা হায়রকই হোই নাপেৎ ঙসিদি নং ফাবা তারে। নাপেৎনা ইংনা তপ্পা করিমতা কিদনা হায়রকই। ঐবুদি করিগী ফাগদৌরিবা ? কৈনা ঐখোইগী উৎসব অমা তৌগদৌরী মদুদা মী অহুম খক ফারগা ইম্পাং মথেল অমা তৌগদৌরী অদুনা নং অমা ফারবদি ঐগী থবক লোইহ্রে। নাপেৎনা হায়যরকই ঐস ! কৈনখোইগী মিতিংগা ঐখোইগী কোনুংদা তৌবা মিতিংগা চপ মান্নরে ঐখোইসু কৈ লামচা নংমুক চাউবা অহুমদং ফারগা কৈ অম্বোল চানি হায়দনা কৈ ফাগদবগী থোরকলিবনি। কৈ নখোইসে চাবদা হৈবুংগুম্না শিল্লি হায় অদুনা ঐদি কৈ অমদি ফারগা পুরক্রে। ৱাহৈ অসি তাবদা কৈ লামচাদু শাউবনা মকোইফ্রুং ফ্রুং হেক চোংই। ঙংদুনা হায়রকই নংগুম্বা

নাপেৎ নংনসু কৈ ফাবা কদায়দগী ঙমগদৌরিবা ? নাপেৎনা হায়রকই য়েংগেরো ঐগী ফুরিৎ খাওদা হৌজিকসু য়াওরি নংগা চপ মান্নবা জাৎনি।

অঙাংশিংনা এ পু পু নাপেৎ অদুনা কৈ অদুক চাউবদুবু মাগী ফুরিৎ খাওদা য়াওরি হায়রিবা ! তোম্বা হনুবনা তাখো ইশুশাঃ নাপেৎকী লৌশিং হৌগদৌরবনি। অদুদগী কৈ লামচাদুনা শাউরদুনা হায়রকই হায় ! নাপেৎ নং ঙসি ঐনা নঙ কশম অদুদা তাপ লাক্তুনা ঈ চুপকনিকো নংগুম্বনসু কৈবু ফুরিখাওদা য়াওরি হায়জল্লি। য়াওরবদি পুথোরক্লোদনা পুথোরকপা ঙমদ্রবদি নং হৌজিক ঐনা হাৎপ তারে। নাপেৎনা হায়রকই থৌ ইশা শাদনা নাম্বোকখ্রগা অমুক ফাবা তন্দুনা তৌবনি নংনা য়েংগে হায়রবদি য়েংহল্লগে। কৈনা হায় পুথোরকও নং পুথোরক্তবা য়ারোই। নাপেৎনা মাগী ফুরিৎ খাওদগী মিংশেল খুবাকমুক পাকপদু মখুৎনা য়াম্না চেৎনা পায়বগুম পুথোরব্রুগা কৈ অদুগী মমায়দা য়েংঙো ! হায়দুনা থোক উৎশিল্লকই। কৈ অদুনা মিংশেন্দা তারিবামমিদু উবদা খংপ্রেক খংখ্রে মানা (কৈ) মমিৎ মনা চপ য়ুংনা খংপ্রেক খংলিঙৈ তাঞ্জা অদুদা নাপেৎ অদুনা হায়রকই নাম্বোকখ্রনি হাপচিনখ্রগে হায়রগা মখুৎ অদুনা য়াম্না চেৎনা পাইবগুম্না পায়রগা মাগী ফুরিৎ খাওদা হাপচিনখ্রে। মদু উবদা কৈ লামচা অদুনা খল্লকউ ইসঃ মসিগী নাপেৎ অসিদি থাঙ্গৈশেংনা কৈ ফাবা ঙম্মী খল্লগা মমৈ ফিরাল শানা থাঙ্গৎলগা তিংখত্তনা খৌশাদুনা পাখত্তুনা চেনখ্রে। অঙাং ময়াম ব্রা নোকই অঙাং অমনা হায়রকই পু পু ! নাপেৎ অদুগী লৌশিং অদু য়াম্না শিংইকো। তোম্ব হনুবনা অদুদগী মখাদা য়াম্না নুংঙাইবা লৈরী তাখো অদুদগী নাপেৎ অদুসু ময়ুম য়ৌনবা চেল্লকএ। কৈ অদুনা অমুক্কা হল্লক্লবদি শিবা য়াই হায়দুনা চেল্লকপদা নোং ঙাল্লে। মতাং অদুদা মশা য়াম্না ফবা য়াম্না কনবা পাখঙ অমনা কোম্বোংদা ফমদুনা লৈরম্মী। নাপেৎ অদুনা কিনা চেল্লকপা অদুদা লাওরকই। হায় ! নাপেৎ করিগী অদুক কন্না কিনা চেল্লিবনো কনানা তান্নরকপগে হায়দুনা ফারম্মী। নাপেৎনা হায়রকই অস ইবুঙো শাফবা ঐ শিরমগদৌবা শমদা লিৎলি। মশাফবা পাখঙদুগী মমিং থোকচাউ কৌই থোকচানা হায়রকই করিগী শিদৌরিবনো পাখৎকনু ! নাপেৎনা হায়রকই ইস ! ইবুঙো ঐ কৈ লামচা অমগা থেংনরুরে। ঐনা লৌশিং তৌদুনা নাম্বোকপা তাঞ্জা ফংবদগী চেল্লকপনি। করিগুম্বা কৈ অদুনা অমুক হল্লক্লবদি ঐ হিংবগী ব্রা

লৈতে। থোকচাউনা নোকঅগা খুম্মকই হেরা কৈ অমনা তান্নরক্কনি হায়বগী চেল্লিবা ৱা ওইরে। ঐদি কৈ অদু ফাগে হায়দুনা থিরিবনি। ফারগা শারংদা থম্মগা অঙাং শান্নহন্নগে খল্লিবনি। নাপেৎনা হায়রকই নংবু কৈ ফাবা ঙমগদরো কৈ উবদা পাখত্তুনা শিবু শিনি, ঙম্মোইদৌবা ৱা ঙাংগনু। থোকচাউনা হায়রকই তুমিন লৈয়ু নখোইগুম্বা চনা চাদবা লফোই চাদবা অশোনবা মী নত্তে। য়েংজৌনে ঐগী ফাইগল কাসে চাউদরো নংগী খ্বাং অদুগা চাউববু মান্নরমগনি। ঐগী পান্বোমসিগা নংগী নফাইগলগা চাউবা ঐনবু হেল্লমগনি। হায়দুনা মাগী মত্রং মত্রং কারবা মতোঙ অদু মুক মুক্তুনা উৎলি। অদুদা নাপেৎ অদুনা খল্লি মসিদি কৈ ফাবা ঙম্ব য়াই। নাপেৎনা হায়রকই অদুদি নং কৈ ফানিংবরা মখোইগী মিতিং তৌফম অদু ঙসাই কৈ লামচা অদুনা হায়রম্মী চৎলুশি থোকচাউনা হায়রকই চৎলুশি কৈ তরামুক ফাহৌরুশি। নাপেৎনা অদুদি নং হোরেল কিদি কিনুকো থোকচাউনা হায়রকই হোরেল কৈ লাকত্রবদি ঐদি য়ারোইকো নংঙোন্দা তাইনদোইনি। নাপেৎনা হায়রকই ফরে ফরে চৎলশি লাকও। (অঙাংশিংনা এ পুপু কৈ ফাবা চৎকদৌরিরো ? তোম্বা হন্নুবনা চৎকদৌরিনি তাও য়াম্না নুংঙাইবা লাকঅনি।) অসুম্না নাপেৎ অদুগা শাফবা থোকচাউগা মখোই অনি কৈ লামচা না মিতিং তৌগনি হায়বা জঙ্গল অদু তম্না লাক্লরম্মী। জঙ্গল অদুগী ময়ায়দা খোংনাং পাম্বী অচৌবা অমা হৌরম্মী। খোংনাং অদুগী অকোয়বদা নাপীনা ইশং শংনা হৌবা ফজরবা লম্পাক অমা লৈরম্মী। নাপেৎকা থোকচাউগা খোংনাং অদুগী মথক্তা কারগা কৈ লাকপা ঙাইদুনা লৈরম্মী। ঙহাক ঙাইরবা মতুংদা থোকচাউনা হায়রকই নাপেৎ নংনা কৈ ফাহনগনি হায়দুনা ঐবু পুরক্লগা কৈ অমত্তসু লাকত্রে ঐবু নংনা অরেম্বদা মতম মাংহন্নগদৌরি। ঐদি কৈ ফানিংবনা খুৎ শাসি মরেং মরেং চৎলে। কৈদু লাক্লবদি ঐগা নম্নগে তৌবনি। অদুগা ঐগী থৌনা পাঙ্গল নংনা খংগদৌবনি। কুইরে শামান্নব থেংনদবা। নাপেৎনা হায়রকই ঐনা থেংনহল্লগনি নংগী থবাক পান্বোম মরৈ মরৈ তাবশিংদু উবদা কৈনা নংবু শোইদনা কিরগদবনি। ৱাহৈ অদু তাবদা থোকচাউ হৱাওবনা খোংনাং মথক্তা মোসন পুথোক্তুনা নাপেত্তা য়েংহল্লি। নাপেৎনা অদুগনে শাফবা কৈ য়াম্না লাকঅবদি নং তুমিন লৈয়ুকো মখোই ময়াম চংদুনা শেত্তুনা চাখিগনি। মখোইগী মরাং মরাংবা, ময়া চৌবা মমিৎ মৈবুলগুম্বা

অদুনা খিগৎলগা ঙুং ঙুং ঙংদুনা চোংশিন্নকপদা পাখৎখ্রবদি পান্সল লৌশিং লোইনা খুদক্তা মাংখিগদৌরিবনি। অদুদগী মখোইনা ঝৌরিদা তাপ লাকখিবদা ঐখোই অদুম লোইরে। অদুনা কিবা য়াদে। কিদ্রবদি পাখৎলোই। ফন কন্নবসু পাবু পাখৎলবদি অশিবা মীগা চপ মান্নরে। থোকচাউনা হেন্না ! নাপেৎ !! করিসু কিবিরোইদা। কৈবু করিগী কিরুনি। মানা কনদনবু ঐবু নম্বা ঙম্বা হৌনদে। মমায়দুদা ঐগী খুবাক অচৌবসিনা অমুক্তং বাক !! থাজিনবদা ঙাওদুনা তুগদবনি। নাপেৎনা হোই! লাঙঙনু কৈশাল মচা ৫/৬ লাকএ। থোকচাউনা এ ! অসিরো ! নংনা কৈ হায়রিবসিবো ? নাপেৎনা ঙাইখো হে ! অচৌ অচৌবা ময়াম অমা লাকখিনি তুমিন লৈয়ু ঐখোই লৈ হায়বা খংখ্রবদি হোরেল মখোইগী কৈরেল কৈজাও অচৌবা লাকঅবা কান্দা মখোইনা তাকথোকখ্রবদি ঐখোই হিংদ্রে ভাব তাও। অঙাং ময়ামনা হায়রকই পুপু কৈ ময়াম লাকঅগদরা ? তোম্বা হনুবনা হায়রকই অদুদগী ইশুশা ! কৈ মচাশিং অদুনা উনা শিংনা লম্পাক্তা তারিবদু খুন্দোক্তুনা শেংদোকই। অদুদগী ইশুশা খর খর চাউবা কৈ লামচা লাকপা হৌরে। খর চাউবশিংদুনা হায়রকই ঐখোইগী কৈরেল নিংথৌ কবোকৈ মন্ত্রি লাকঅনি ফম্নবা চৌক্রি পুরকউ। অদুদগী কৈ লামচা ময়াম চংদুনা উক্রোং অচৌবা অনি খক পুরকলে। অদুদগী উজাউলম অনিরোম শাংবা অমসু ময়াম চংদুনা পুরকলে। অদুদগীদি ইশুশা ! ঙসাইগী থোকচাউ হায়বা শাফবদু খর খর কিবা হৌরক্লে। তপ্না হায়রকই দাদা হৌজিক লাকইব অসিদগী হেন্না চাউবসু লাকখিগদরা ? নাপেৎনা হায়রকই থোকচাউনং কিবা হৌরক্লবরা ? কিরবদি তুমিন লৈয়ু। লেংঙগনু মথক্তা য়েংখৎলক্লবদি ইবান্নিমক অদুম হিংবগী ৱা লৈত্রে। (থোকচাউ তুমিন লৈখ্রে মশা অদু থক থক নিকপা হৌরক্লে, চাউরমখ্রবা মশাদু পিশক পিকশিনখ্রে।) অদুদগীদি নাপেৎকা থেংনখিবা কৈ লামচা অদুসু লাকএ। নাপেৎনা তুমিন্না তাকই অসিনি ঙরাং ঐগা থেংনখিবা কৈ লামচাদু অদুদগী থোকচাউনা এঃ অসিদি দাদা য়াম্না চাউরবপোৎনিনা নাপেৎনা তুমিন লৈয়ু মখোইগী মিতিং লোইদ্রি ফাওবা খর ফাউবা কন্না হোনবা য়াদ্রে। মখোইগী মিতিং লোইরবা কান্দা ইবান্নি তুমিন চৎখিসি। (হায়রিঙৈ তাল্লক অদুদা চাউর চাউরবা কৈ, সাংনা শাংনা লাঙবা মফুৎ মফুৎ লাংবা জাৎ জাৎ লাকপা হৌরে কৈনা লম্পাক অদু পিক থনখ্রে থোকচাউ

কিবনা খোংনাং মথক্তা তুম্বক তাশিন্দুনা লৈখ্রে) (অঙাংশিংনা পুপু কৈ ফাগে হায়রম্বা শাফবা থোকচাউদো অদুক পাংদ্রবরা ? তোম্বা অহল্না পাংদবা হায়ববু মমিৎ মনা চপ য়ুংদুনা লৈখ্রবনি মখা য়াম্না নুংঙাইরকখিগনি তাংখোনে। অদুদগীদি কৈরেল কৈজাও অচৌবা মখোয়গী কৈ নিংথৌ অদুগা য়াম্না হৈশিংবা লমজেল য়াংবা কবোকৈ মন্ত্রীগা লাকই। কৈ ময়াম অদুনা ঐখোইগী মহারাজগা মন্ত্রীগা লেংঙকএ লম্বী থাদোকউ হায়দুনা কৈ ময়াম্না লম্বী ফাংলগা অনি অদুনা য়াম্না চিংলেম্না ঙুং ঙুং ঙংদুনা মমায় পাকথ্রোক পাক্লা মমিৎ অদুনা মৈবুল মুক ঙাংনা হুম হুম খৌদেল্লগা চংলক্লগা উক্রোং অচৌবা অদুগী মথক্তা ফমখ্রে। মমৈ অদুনা লৈবাক মখাদা শাংনা থাদরগা চিং লেম্না কনাবুসু কিদনা ফমদুনা লৈ।) অদুদগী কৈ লামচা অনিনা অহিংবা শজি অমা চিংদুনা পুরক্লগা কৈরেল নিংথৌদা কৎলরে। অদুগা কৈ লামচা অনি অমনা হামেং অহিংবা অমা চিংদুনা পুরক্লগা কবোকৈ মন্ত্রীদা কৎলরে। হামেং অদুসু মে ! মে ! খোংই শজি অদুসু খোংই। শজি অদু কৈ নিংথৌনা লুশমদা তাপ লাক্তুনা চিক থৎলগা চাবা হৌখ্রে। ঈনা মফম অদু পুমঙাং ঙাংখ্রে শজি অদু ফ্রুং ফ্রুং চোংই অদুবু কৈরেল অদুনা মখুৎনা ইলাই লাইনা ফাদুনা থম্মী। অদুগা ময়াংলেন লুজাও পেক থুদেকখ্রে। অদুগা কবোকৈ মন্ত্রী অদুসু হামেং অদু মঙকশমদা চিক্তুনা ঈ চুপ্লি। চু চাবগুম্না মখয়াৎ অদু ঈনা পুমঙাং ঙাংই। হামেং অদু ফ্রুং ফ্রুং চোংন চোংন অদুম শেৎ শেত্তুনা চারি। অদুদগী কৈ লামচা ৪/৫ না ষন লাবা অচৌবা অমা চিংদুনা পুরকই অদুসু মখোইনা নিংথৌদা কৎশিল্লি। নিংথৌনা লাউরকই মদুদি নখোই চাজরো। ঐখোইদি পুক পিক থল্লে। ঐনা চারগা নখোইনা শুম য়েংবা হৌনদে শজিগী মবুক মথিবোং মরিল, মখোঙ মরি অসিসু নখোই চাজরো হায়রগা কৈ মচা ময়ামগী মরক্তা লংশিনখ্রে। কৈ নিংথৌগী লুখাক অদু ময়াম মুন্নদুনা চাখ্রে। মদু উবদা খোংনাং মথক্তা লৈরিবা মশা ফবা থোকচাউ অদুদি থক থক নিক্লা মমিৎ মনা চপ য়ুংখ্রে। ঙহাক লৈরগা কবোকৈ মন্ত্রীনাঃ লাউরকই। তারব্রা ? জঙ্গলগী কৈলামচা শাঃ নখোই কনা মত্তনা তাইবঙ মী ফারকপা ঙমদ্রবরা ? নাপেৎ থেংনরকপা কৈ লামচাদুনা খুম্মকই। মহারাজ অমদি মহা মন্ত্রীগী খুয়া খাদা হঙ্গৎচরী। কবোকৈ মন্ত্রীনা হায়য়ু তাশি। লামচানা হায়রকই ননাই ঐ তাইবঙমী ফাগে হায়দুনা

কোনুংগী সনথোংদা লুমদুনা লৈজরুরে। মদুদা কোনুংদগী নাপেৎ অহল অমা ফুরিৎ অচোনবা অমা লিৎলগা থোরকই। অদুদা মানা হায়রকই ঐবু করিগী ফাগদৌরিবনো ? ঐনা হায় ঐখোই কৈ ময়াম চাক চানগনি। অদুদা তাইবঙ মী অহুম ফারগা চাবগী ৱারেপ তারে। অদুনা ঐনা নংবু ফারবদি অনি অমগা থিখিগদৌরীবনি। মদুদা মানা করি হায়বগে হায়ববু, মখোই তাইবঙ মীগীসু চাক চানগদৌরি। মদুদা হৈ থোংবগী মঙ্গত্তা কৈ অহুম ফুৎলগা মহী থক্কনি। কৈ হায়বসিদি য়াম্না শিল্লি চাবা য়াম্না ফৈ হেঞ্জিন্না চাখিবা পুম্নমক কৈ অম্বোল চারবদি হজম (digest) য়াম্না থুনা তুম্মী হায়নৈ অদুনা কৈ অম্বোল অমা য়াওগনি হায়না ৱারেপ তাই হায়। কৈ অমদি ফারকএ। মদুদা ঐনা শাউদুনা নংনা ফারকইবা কৈ অদু য়েংগে হায়না খিগত্তুনা কিহনবনি। মদুদা মানা য়েংউ য়ানি হায়রগা মাগী ফুরিৎ খাউদগী ঐ মুক চাউবা কৈ লামচাদু লুশম তাপ পায়রগা ঐঙোন্দা য়েংহনবগী ৱানি। কৈদু ফ্রিং ফ্রিং চোংই ঐঙোন্দা চোংশিল্লক্কে তৌরকই। মদুদগী নাপেৎ অদুনা নাম্ভোকখিবা তারে হায়দুনা কন্না পায়শিল্লগা অমুক্কা হাপচিনখ্রে অদুগা মাগী ফীজাও অদুনা কুপশিল্লগা ঐবু ফাগদবগী চোংশিল্লকপনি ঐ পাখত্তুনা তিংখত্তুনা থৱাই খুবাক্তা হাপ্লগা চেল্লকপগী ৱানি নৎত্রবদি মানা ঐবু শোইদনা ফাখ্রগদবনি। কৈ লামচাগী ৱাদু তাবদা কৈরেল নিংথৌ শাউবনা মকোই ফ্রিং ফ্রিং চোংঙকই। ঙ্রং ঙ্রং ঙংদুনা শাউনা হায়রকই হায় ! অপঙবা কৈ মচা নংনা তাইবঙমীগী খদ্রক্তা কিদুনা পাখৎলব্রা ? তাও হায়বগি তাইবঙ মীদি য়াম্না শিংবনি নংনা মাবু কিবদগী মানা নংবু কিবনা শরুক চাম্মা হেন্না কিরিবনি। মা মথি চিৎপ মখৈ কিদুনা চেল্লম্মগদবনি। নংনা খঙদবগী ৱানি। নংনা তাইবঙ মী ফারগে খল্লবদি মীদু হেক খেংনবগা অসুম তৌগদবনি হায়রগা কৈরেল কৈজাও নিংথৌ অদুনা ঙ্রং ঙ্রং ঙংদুনা খিগৎলগা শজি চাবগী ঈ তৈরবা মখয়াৎ অদু লাউনা কাখোক্লগা অহম অহম হায়দুনা চেগপ চোংবা হৌরকই। খোংনাং মথক্তা লৈরিবা শাফবা থোকচাউদি ঙসাইদগী শজি অহিংবা শেৎ শেত্তুনা চাবগী কিদুনা লৈরিঙৈদা কৈজাও অদুনা মী পাখৎনবা মওং মতৌ তাক্লকপা অদুদা মাদি মঙোন্দা চোংশিল্লকপগুম থোকউরে। অদুদগী থোকচাউ অদু ৱাহ্নরক্তুনা খোংনাং মছাদা পায়রম্বা খুৎ থাদোক্তুনা খোংনাং মথক্তগী নাম্বদুনা তাখ্রে। ফন ! ফন ! চোংদুনা

লৈরিবা কৈজাও অদুগী মমাংদা মমিৎ চপ য়ুংনা পাংলগা কৈ নিংথৌনা ফল্লম্বা উক্রোং অদুগী মরক্তা তাশিন্দুনা ফমপ্রেৎনা ফমদুনা লৈখ্রে। মতাং অসিদা নাপেৎনা খল্লি। ঙসিদি ঐখোই অনিমক কৈনা শোইদনা চাখিবা তারে। মানা তাখ্রিবা অসি ঐগী অসিদগীনি শোইদনা মথক লোমদা য়েংখৎলক্কনি ঐগী চেনফম লৈররোই। অদুনদি শিরমদা ইশিদা লৌশিং অমত্তং তৌদুনা য়েংগে। খল্লদুনা লাউরকই। হো ! ইতাও ! কৈ ফাবা শাফবা ময়াইদা ফল ফল চোংলিবা কৈ নিংথৌ অদু হান্না ফারো, ঐ কবোকৈ মন্ত্রীদু ফাগে। হায়দুনা লাউরকই। নাপেৎকী মখোল তাবদা কৈ লামচা নাপেৎকা থেংনখিবদুনা য়েংখৎলকপদা মানা ঙরাং থেংনখিবা নাপেৎ অদুনি হায়বা খংলে। খুদক অদুদা কৈ লামচাদুনা লাউরকই। হো ! মহারাজ কৈরেল নিংথৌ ঙরাং ঐগা থেংনখিবা নাপেৎ অদুনি মাগী ফুরিৎ খাউদা কৈ অমা য়াওরিবনি। মখোইগী কৈ অহুম ফানি হায়বনি অম্বোল চানবা ঐখোই থৱাই হিংনবা চেলহৌরশি। কৈরেল নিংথৌ মথক্লোমদা য়েংখৎলকই। নাপেৎ অদুনা মাগী ফুরিৎ খাওদগী মিংশেন মচা অদু কৈ নিংথৌগী মমায়দা থোক হেক উৎশিল্লি। কৈরেল নিংথৌনা খল্লি ঙরাং মানা উৎশিল্লকপা কৈদু অয়েকপা ওইরমগনি হায়দুনা কৈ লামচাদা চৈরুরবনি। অদুবু অয়েকপা ওইরমদ্রবা অদুদা কৈ নিংথৌনা খল্লি কৈ ফানবগীদমক্তা মখোই মফমসিদা লাকপা ওইরম্মগনি মখোইগী মী অতৈসু য়াওরম্বা য়াই অদুনদি চেলহৌবনা ফরে খল্লদুনা কৈ ময়াম পুন্নমক মাগী ফুরিৎখাউদা য়াওরিবা কৈ অসে অয়েকপা নত্তে। অশেংবা কৈনি নংগী নংগী নথ্বাই হিংনবা চেন্নরো হায়রগা কৈ নিংথৌ মমৈ ফিরাল শানা থাঙ্ক ত্তুনা চেনখ্রে কৈ নিংথৌ ফাওবনা চেনখ্রবা অদুদা কবোককৈ মন্ত্রীসু চেল্লে অদুদগী ময়াম পুন্নমক কায়দুনা চেন্নখ্রে। কৈ ময়াম্না চেন্নখ্রিঙৈ তাল্লক্তুদা নাপেৎনা খোংনাংদগী চোংথরক্তুনা থোকচাউদা পায়রুবদদি থোকচাউদি উক্রোং অমদা ঙাদুনা লৈবগী তুদবা ওইরমমে। উক্রোং অদুদা থেংঙুবদগী থোকচাউ লোংনা তুথরক্লে। ৱাহুদুনা লৈরম্লে। নাপেৎ অদুনা ঈশিং খর থিরুরগা লৱাইদা য়ৈদুনা মমায় মমিৎ ঈশিং খিকচন্দুনা পোপ পোপ ফুদুনা মশা অদু থোক থোক নোমদুনা হোৎনবদগী জ্ঞান লাক্তুনা ফম্বা ঙম্লে। অদুদগী থোকচাউনা হায়রকই— দাদা ঙসাইগী কৈজাও অদুদি কদায়দা চৎখ্রে নাপেৎনা হায়রকই কৈজাওসু চেনখ্রে,

কৈ মচা ময়ামদুসু লোইনা চেনখ্রে। মখোইনা চেনখ্রিঙৈ তাল্লকশিদা ঐখোই থুনা মফমসিদা লৈতবা ফৈ। মখোই অমুক হল্লক্লবদি জুগোৎ চাররোই। অসুম্বা হায়বদগী থোকচাউসু নাপেৎসু জঙ্গল অদুদগী খুল্লক য়ৌনবা চেল্লকখি। অঙাংশিংনা অস ! পু পুগী ৱারীশিদি য়াম্বা নুংঙাইখ্রেদা। তোম্বা হনুবা ৱারীশিংনা ইশুশাঃ করি করি পাউতাক পী ! অঙাংশিংঃ ৱারীশিনা খংহল্লীবশি পাঙ্গল কল্লবসু পঙলবদি খুদোংথিবদগী নাহোকপা ঙমদে। তোম্বা হনুবাঃ অদুনি ইশুশা ! পাঙ্গল শোল্লবসু লৌশিং লৈবা নাপেৎনা অকনবা নিপা অমবু কৈগী মখয়াত্তগী কনবা ঙমখিহায়বসিনি। অঙাংশিং পুপুগী ৱারীশিদি কৈ থেংনরবসু কিদুনা পংথদনবা, অদুগা নাহোকপা হৈনবা লৌশিং তাকপা ৱারীনি। হয়েং অমগা লীবিয়ু।



# কবোক্কী নোং চুখিত্রা

অডাংশিংনা পু পু ঙসিসু নুংঙাইবা ৱারী অমা লীবিয়ু। তোম্বা হন্নুবা ইশুশাঃ লীবিনি ঙরাংগীদুসু লৌশিং শিংনবা ৱারীনি ঙসিসু অদুগুম্বা পুক্নিং লৌশিং ওইহৌদবা অমা লীবিনি। স্নাহ্নবী কৌবী য়াম্না শিংবী মচা ৱারকপা হৈবী নুপী অমা লৈরম্মী। মহাক মপুরোইবা লৈখিদ্রবা লুপ্নাবী অমনি। অদু ওইরবসু মহাক মপুক ৱারকপা ঙম্বী হায়বদি মপুরোইবা শিখ্রবসু কনাগুম্বা অমদা ময়ুম পানগে খঙ্জদ্রবী অমসুং মচাবু ওইদবা ৱা ঙাংহন্দ্রবী, অখাং কনবী মৌনহা অমনি। মহাক্কী তোম্পোক কৌবা অচুম্বতা ঙাংবা নিপামচা অমা লৈরম্মী। অদুনা মহাক্না তোম্পোকপু অয়ুক ঙন্না ঙন্না হৌগৎহন্দুনা চেন চোংদুনা শান্নহল্লম্মী।

স্নাহ্নবীঃ ইমাগী তোম্পোক! নংবু নশাদু লায়না তিন্না লৈতনা শেংনা নশা ফনবা হৌগৎলো। অঙনবা অয়ুক্কী নুমিৎ কৌবা লাইনা য়েনবিরকপা মচু কয়াগী মঙালগা লোইনরবা অশেংবা নুংশিৎনা লৌশিং পাঙ্গল হাপ্পীবা, মমল য়াম্নবা পোৎ অসি ফংজহৌনবা সুমাংসিদা চেন চোংদুনা শান্নরো তারবরো।

তোম্পোকঃ অস! ঐখোই ইমাসিমা ঐ তম্নিইমী ঙন্না হৌগৎলগা কৈদৌদোইনো? তুমশিং ফাদ্রি।

স্নাহ্নবীঃ ইমাগী ইবুঙো নংসে ওহ্নোকপনিদকো নুতীগী ঙন্না ঙন্না সুম হৌগৎপা তম্বীরবদি নথন্ত অদুম হৌগৎনিংঙক্কদবনি। তুমশিংসু অদুম ফাজরক্কনি। লাইরিকী পারা ফারমদবসু ফারক্কদবনি।

তোম্পোকঃ ইমা ঐ য়াম্না তুম্নিংই ঙহাক্তা তুমখিগে।

স্নাহনবীনাঃ মচাবু নুংশিনা হায়রকই। য়েংঙোই ঙন্না ঙন্না পারা পারবদি পারা থুনা ফাগদবনি নুংশা শারগা ১০ রক পাবদা ফাবা ঙমদবদো অয়ুক অঙনবদা অমুক অনিরক্তুং থবাই য়াওনা পাবদা ফাবা ঙমগদবনি।

তোম্পোকঃ হয়াওনা হায়রকই। অওইবরা ইমা!

স্নাহনবীঃ নোক্লগা হায়রকই। ফাগদবনি ঐনা হায়বা থাজৌ। অদুগা পারা ফারবদি নখোইগী স্কুলগী ওজানসু নংবু য়াম্না লুনা তৌরগদবনি। মানা চাগদবা পোৎ অদু ফাউবা নঙোন্দা পীজরগদবনি।

তোম্পোকঃ অওইবরা ইমা?

স্নাহনবীঃ অওইবনি অদুগা য়াহৌবু ঙল্লবদি লায়রবা লাঈ ফাউবা মথন্তা চেনখিগদৌরিবনি। অদুদগী চাব থকপা সুকন্বাৎ ব্বাৎলরোইদবনি। ফজ ফজবা ফি শেৎপা ফংঙদবনি। য়ুমগাসে নোং য়ুররোইদবনি। অসুম্না তোম্পোক ঙন্না হৌগৎহল্লে। মথঙগী নুমিত্তসু মমানা ঙন্তানা হৌদোরক্লে।

তোম্পোকঃ অস! ইমা ঙরাংসু নংনা ঙন্না হৌগৎলো হায়দুনা হৌগৎলে। অদুনা ঙসিদি মিৎকাশি ইশা শারে।

স্নাহনবীঃ ঐনা হৌদোকত্রবসু নং নথন্ত হৌগৎচনিংনবা মন্ত্র অমা হায়বিগে মমাগী ব্বাদু তাবদা তোম্পোক্লা হায়রকই ঙন্না হৌগৎনিংনবা মন্ত্র লৈবা হৌনদে মমানা নোক্লা নোক্লা হায়রকই তাদ তাওনে।

তোম্পোকঃ য়াম্না থাজদনা হায়রকই হায়রো হায়রো ইমা তারশি।

স্নাহনবীঃ অদুবুরো মুন্না তাওকো য়েংঙোই নংনা হেক হৌগৎপগা নখোঙ হামদোক্লবা (লেট্রিন) অমাংশঙ চংগদবনি।

তোম্পোকঃ অস ! হামসু হাম্নীংদনা অমাংশঙদা সুম ফমদুনা লৈগদরো ।

স্নাহ্নবীঃ নোংমা নিনিদি থেম থেমগা হাম্নবা হোৎনগদবনি । অদুদগীদি মথন্তা মরনাই হাম্নীং ঙক্লগনি । মদুবু অফবা হৈনবী (habit) কৌই মদুনা নশাবু ফগদবনি । ইনাকসু খুল্লগদবনি ।

তোম্পোকঃ ইনাক্তী করিগী খুনগদৌরিবা ?

স্নাহ্নবীঃ নখোং হামদোক্লগা সুমাং অকোইবদু ১০/২০ লক চেল্লগা হুমাং, তাহল্লগা শেংনা ইরুজথোক্লগনি অদুদগী শঙ্গোম গিলাস অমা থকচিল্লবদি নশাসু ফরনি, মাথাসু ফরনি, মশা নাল্লবনিনা ললগী মবেম্মনসু য়ুমদা লেংদনা লৈবিরগনি ললগী মবেম্মনবু লৈবিরবদি লায়রবা লাঙ্গনা লৈবা ঙমদে অদু ওইরবদি ঐখোই নমদুনা ইনাক খুল্লদনা খংলব্রা ?

তোম্পোকঃ হরাওনা খুম্মকই অদু ওইরবদি ইমা ! ঐ হয়েংদগী ঙম্না হৌগৎলবা হোরেন্দগী ঙন্তা তুল্লগে । লায়রবসি য়াম্না তপ্লি মীনা উশিন্তে । ইপাগা লৈতবনে য়াম্না নুংঙাইতে । ঐখোই বাবা লৈতবসে কয়াম কুইরে ।

স্নাহ্নবীঃ নখোই বাবানা লৈখিদবসি নংনা কাফে কাফে চৎপা ঙল্লকপদা লৈখিদ্রে । লুখ্রাবী ঐনা নপানা থম্বীরম্বা ইংখোলসিদা হৌজবা ইনছাং নাপী খর অসি য়োল্লগা নংবু চাউনবা য়োক্লদবসি খল্লুবদা কিদবা ঙমদে ।

তোম্পোকঃ ইমা ঐখোই বাবাদো হৌজিক ফাউবা শিরমদ্রবদি ওঙ্গোক্লা নুংঙাইনিদা ! মীগী মচাশিংদি মপানা মখুৎ শম্বীদুনা চৎলি, ঐগীদি লৈজদবনিনা খুৎ শম্বীনিংঙাই লৈতে । অদুগা ঐবুদি মপালৈত্রবা মচানি মরাইবক থিরবনি নুংশিদা হায়নৈ ।

স্নাহ্নবীঃ ইচাবু মীনা লুনদি তৌবিরিদনা ফৈ ফৈ ।

তোম্পোকঃ মীনা লুনা তৌবিরকসু অচাপোৎ লৈরগা সুম য়েন্নকপদদি ঐঙোন্দদি পীবিদেদা। ঙসাইগী মপানা মখুৎ শমদুনা চৎলিবা মখুত্তসু অচাপোৎ অমসু পায়রিবা অদুদদি অমুক্তসু পীশিল্লি। অঙাং অদুনা পায়বা ঙমদ্রবদুদা মপানা অদুম পায়বিখ্রে।

স্নাহনবীঃ মপী ঈরা চেন্নগা হায়রকই ইচাগীদি ঐ লৈরিসিদি কনাদগীসু অচাপোৎ চাগে নিরম্নুকো। মীগী মচানা পায়বা পোৎ হন্না ফাউ য়েংলুনু। হায়রগা মচাবু কোম্নগা চুপ্পী।

তোম্পোকঃ য়েংউদেদা ঐসু খংই। মচিন্দ নুংশি হায়জরবসু পিদি পীজনিংদে।

স্নাহনবীঃ ইচাদি শিংইদ্রা। নুংশিবসে মখল য়াম্বনি। ঐখোইবু নুংশিবীরিবসিদি হন্নুনা নুংশিবিবনি। হইনাও মচাদা নুংশিবিবগুম্বনি। নখোইগী বাবা লৈরিঙৈদদি ইতৈমা হায়দুনা মমিৎনা ফাউবা হঙ্গৎনা য়েংবা ঙমমদবশিংদো হৌজিক্তী নমহায় তৌখৎলক্রে। খর লৈরগদি ইবেম্মা ককা হায়রক্লগনি।

তোম্পোকঃ ইপা লৈজদবা ঐখোইদি মীনদি লায়রদনা যন্না ফাউবা উশিন্তে।

স্নাহনবীঃ যন্না করি তৌরকইবা ইচাদবো ৱাইগে তৌরকপরা? করম্বা যন্ননো ইমা ফুগেনে।

তোম্পোকঃ অদুবুরো নহাল ঐগুম্বা অঙাং অমা মপাগা যন মনাক্তা চংশিনবদা যন্দুনা করিসু তৌদে। অদুগা ঐনা চংলুবদদি ফি! কামদুনা ৱাইগে তৌরকইবা।

স্নাহনবীঃ যন ফাউবনা ইচাবু উশিতত্রবা?

তোম্পোকঃ অদুগনে ইমা ঐখোয়গী কোত অসিদি ফৌ হাপ্পরোইদ্রা?

স্নাহনবীঃ হা! ইবুঙো ইপা ওইবিরম্বা লৌদো লৈখিদরে! ইমা ওইবিরিবা ইংখোলসিদা মঙাইরে। ইপা ওইরম্বা লৌদো লৈরিঙৈদদি মীনা

উশিংপিরম্মে। পৈশা অচিন অরাকসু থোইনা লৈজরমদে। খুত্তা তিংথোকপদা হেক্তা পীবিরক্রম্মী। অদুনা ঐনা লৌবু ইপানি হায়রিবনিনে ইবুঙো।

তোম্পোকঃ অদুদি ইমা ঐখোইগী ইপা ওইবিরম্বা লৌদুদি কদায়দা চংগ্রবা ?

ম্মাহনবীঃ ঐখোইগী নুংশিজগ্রবা লৌদো নং বাবাগী থবাই কন্নবা হোৎনবদা মীঙোন্দা বন্ধোপ থম্মুবদগী হন্দোকপা অদুম ঙমখিদরে। ঐখোইগী লৌফমদো য়াম্না ফবা লৌফম্নি।

তোম্পোকঃ ও! অদুনা ওইরে ফৌ হাপ্তবা কোৎ অমা মিরাং কারগা লৈরিবসে। বাবাগী লায়েংবদা চংখিবা ওইরবদি চৎচিখসনু। বেরা লৈতে, ঐনা চাউরগা অনৌবা অমা অমুক লৈরগা লোইরেদনা।

ম্মাহনবীঃ মচাগী বা তাবদা পেল্লদুনা হায়রকই। ইমা পেপ্লে ইচানা ঙাংবসে তাবদা হায়রগা মচাবু চেজেৎনা কোল্লগা চুপচৈ অদুগা হায়রকই নংবু হয়েং চাউরকান্দা ঐবু লুনা তৌবিগদ্রা ?

তোম্পোকঃ তৌদদিনা ইমাবু, ঐগী ইমাংদদি কনাগুম্বনা উশিং থওইদবা তৌরবদি ঐদি হেক্তা হাৎতোক্কদবনি।

ম্মাহনবীঃ হরাওজবনা থম্মোই খংচাউ চাউথোকই হরাওমন্দুনা মিৎলু থন্না ঈরা চেক্লি। অদুগা পেরি পেরি হায়রকই ইমাইপেম্মা। ইমাগী ইবুঙো মী হাৎপা য়াদেকো মী হাৎলুরবদি ইমাদি মাংজরেদনা হাৎপদি লায়রদনা ফুনগনবা য়াদে শাউগান্দবা তমগদবনি। অদুগা মীনা মুনবা ঙম্মরোইদবা নহৈ হৈনবা হোৎগদবনি। লৌ, ইংখোলদি মীনা মুনখিবা ঙম্মী।

তোম্পোকঃ অদুদি পৈশা থোক্লবা ইহৈ তল্লগে লাইরিক তম্বা তোক্লগেকো। পৈশা থোক্লবদি ইমাদা পৈশা পিশিনবা ঙম্মগনি। অদু ওইরদি ঐনা নিংবা থুংলগনি।

স্মাহনবীঃ ইমাগী তোম্পোক নংননে তমগদৌরিবা নহৈ পুন্নমক অদু তম্বদা লাইরিক্তুনা খ্বাইদগী মরুনি। লাইরিক্তু হৈরবদি লৌ ইংখোল শুরবসু ফৌ য়াম্না থোকহনবা, মহৈ মরোং ফজনা পালহনবা ঙস্মদবনি ইমাগী ইবুঙো।

তোম্পোকঃ অদুদি ইমা লাইরিক খক্তং হৈরগা পৈশা হেক্তা থোক্লগদ্রা ?

স্মাহনবীঃ নংদি অঙাং ওইরি অদুনা লাইরিক খক্তং হান্না হৈনবা তৌখিশি। নংনা অদুক য়াম্না খঙবা ফত্তে মতম নৎত্রী।

তোম্পোকঃ অদুদি লাইরিক্তী হৈতবা সুকয়া য়াদবরা ? লাইরিক হৈরবদি প্রেন থৌবসু তম্বা ফংগদরা ?

স্মাহনবীঃ লাইরিকপু হৈরবদি তম্নিংবা লোইনমক ফংঙগদবনি ইবুঙো। লাইরিকপু হৈত্রবদি ইমা লোন্দগীসু হেন্না হৈররোই। লম চৎথোকঅসু তুফক তুফাই চন্দুনা মনা পঙবগুম মমিৎ তাঙবগুম তৌগদবনি।

তোম্বা অহলনা হায়রকই অদুদগী ইশুশাঃ তোম্পোক কৌবা নিপা মচাদো ঙন্না ঙন্না হৌগত্তুনা চেন্দুনা শান্নরগা লাইরিক পাবদগীদি লাইরিকসু ফগৎলক্লে। অদুদদি মানা তন্নীবা স্কুলগী ওঝানা লুনা তৌবিরে।

ওঝাঃ হায় ! তোম্পোক নং হন্দক্তী নশাসু য়াম্না ফগৎনা উরে, নশকসু ফজখৎলক্লে। নহালবাইদি পারা ফারক্তবগী নম্মান্নবনা মনা হেক হেক লৈবিরগা খুপাক্লা লুখমদা শেৎ, শেৎ, থাবিরম্বনি। হন্দক্তী নংনদুম মীগী মনা লৈরগা খুপাক্লা থাবা হৌরক্লে। করম তৌখৎলক্লিবা জাৎনো ?

তোম্পোকঃ অদুবুরো ওঝা ঐখোই ইমানা ঙন্না ঙন্না হৌগৎহল্লগা সুমাঙদা রাউন্দ ১০ রক চেলহল্লগা ঈশিং থকহল্লি অদুগা ইরুজথোকহল্লগা লাইরিক পাহনবা, তাকসু তাকপিবা ফাদ্রগা ইমানা না লৈথৎপি জাৎনি।

ওঝাঃ ও ! নমানা লাইরিক তাকপিবোরে। অদুগা য়াহৌসু ঙল্লবা !

তোম্পোক্লাঃ অদুগা ইমানা য়াহৌ ঙন্না হৌগত্তবা য়াদবা মন্ত্র অমসু তাকপিরে।

ওঝাঃ নোক্লগা হায়রকই। অদুদি নংসু য়াহৌ ঙন্নবা মন্ত্র হৈরবরো ঐখোইদসু খরা তাকপিয়ুদনা।

তোম্পোকঃ অদুবুরো ওঝা হায়রগা নোকই। লায়খ্রবা ৱানিদা তারগা ময়াম নোক্লিংগনি। হায়য়ুরো ওঝা।

ওঝাঃ হায়য়ুনে ! হায়য়ুনে ঐখোইসু খর খঙজগে নোকই ।

তোম্পোকঃ লায়খ্রবা ৱানিদা অয়ুক মল্লিঙৈদা নমদুনা হৌগৎলগা খোং হাম্বা থেমদোকপনিদা নোংমা নিনিদি হৌগৎপসু তল্লম্মী খোঙসু হাম্বিংলমদে। ছুন্নি মরিনি শুরকপদা নোংঙানবা নংদ্রে ফম্মুংদা হামজিনবদি য়াদবনিনা অদুম চেপ্লে লেত্রিন লোমদা *ময়াম ৱা! নোকই।*

ওঝাঃ অস ! নখোই ইমাসিদি য়াম্না শিংঙিদা ! লাইরিকসু হৈবনিনা অমুক্তসু হেন্না শিংলল্লগনি। মচাবু লাইরিকসু তাকপিরে। য়াম্না মরম চানা শিংঙি।

তোম্পোক্লাঃ ঐখোই ইমাদি ঙন্তানা হৌগৎলগা য়োৎপাকসু তৌই। ইংখোলদা ইস্নাং নাপি থাবসু য়াম্না তন্দে নুপী ওইজরবসু নিপাগা চপ মান্ননা থবক শুই সুক্তন তন্দে।

ওঝাঃ নখোই ইমাসিদি মশাগী মথৌ মশক খঙবা, মচা শেম্বা হৈবা লৌশিং লৈবী নুপীনি। অদুনা তোম্পোক নং নমানা হায়বা ইনগদবনি, অদু ওইরবদি নং শোইদনা ফগনি।

তোম্পোকঃ অদুনা ওঝা ঐদি ইমাবু য়াম্না নুংশি, ইমাগীদমক্তদি শিবা কিরোই।

ওঝাঃ তোম্পোক নখোই ইমানা নহা ওইরিবনিনা করিগুম্বা নংবু হন্দোক্তুনা নিপা অমদা ময়ুম পানখ্রবদি কমদৌনি।

তোম্পোকঃ অদুম হায়নদি তৌনি থাজদেদা।

ওঝানাঃ নখোই নমাগুম্বী কনাগুম্বীদি নংগুম্বা মচা হন্দোক্লমদুনা নিপা অমদা ময়ুম পানখিবসু য়াওরিবনি।

তোম্পোকঃ মরু লুক থরগা তুমিন্না লৈ অদুগা তপ্পা হায়রকই অস ! অদুম হায়নবা তৌরদি ঐদি কনানা চাক থোংঙগা পীজবীনি। 'পেরী পেরী হায়রকই' অদুগা অহিংদ কনাগ তুম্মিন্নগনি, করিগুম্বা খোঙ হান্নিংলক্লবদি কনানা ঙাইবিগনি (হায়রগা হিক হিক কপ্লকই)

ওঝাঃ কপকনু তোম্পোক ! নমাদি তৌরোইদা। অদুনবু ঐনা নমাবু লুনা তৌগদবনি হায়রিবসিনি।

তোম্পোকঃ পেরী পেরী হায়রকই নোংমসু হুই অমনা খোংদুনা চিকে চোংশিল্ল কপদা ইমানা হুইদুগী মচিন পায়দুনা ফাবিবনি। অস ! মদুগী নুমিত্তুদি ঐ পাখত্তুনা হুমাং অনপ্পা কাখ্রবনি। ইমানা হুমাং তৈথোক্লগা কোনশিনবিবদগী ঐ ফবগী ৱানি।

ওঝাঃ ফরে ! ফরে ! অদুনা নং নমাবু খক কাউগনু

## লুপা খুনবা

নোংমদি তোম্পোক ঙন্না হৌরগা সুমাংদা চেল্লিঙৈদা সুমাঙ মতোন্দা খাউ অমা তাদুনা লৈ। তোম্পোক্ল হন্না য়েংলুদে। মাগী নোংমগী রাউগু ১০ ৱক শুনবা অদুম চেল্লি। চেনবা লোইরগা খাউ অদু হাংদোক্তুনা য়েংই। লুপা তরা চৎপী মপুন মপুন পিক থন্না য়াওই। মদুদা তোম্পোক্লা কন্না লাউরকই। হো

কনাগীনো লুপা খাউ অমা তারে। খাউ মপু লৈত্রবরো হন্না হন্না লাউরি। কনাসু খুম্মকত্রবদা লুপা খাউ অদু মমা স্নাহনবীদা পীররে। স্নাহনবীনা খাউ অদু হাংদোক্লুনা য়েংলে। মথন্ত তপ্না শোল্লি। ইসঃ মশিদি পৈশানিনা অসুক য়াম্বা পৈশা অসিদি কনাগী ওইরিগবা মপু অদুদি থিবদা ঙাওদুনা চেন্নরগনি। কোয়লাউ লাউরবসু মপুনত্তবনা মপু শাজিক্লক্লুনা তৌরকপসু য়াই। অদুনদি পৈশা ময়াম অসি লৈরে খংলবদি শুনিংদবা কাংবুনা উৎ পাৎ তৌদুনা লৌনবা হোৎনরকপা য়াই। অদুনদি ঐ কৈদৌশিগে পৈশা খরসিগীদমক্তা ইচা নিপা অঙাং অসিবু ওইদবা ঙাংহনবসু ঐ পামদে। অদুনদি ঐ অঙাং অসি ঙহাক্তং তুমহনখিগে। অদুগা ঐ খাখল তপ্না ইংন খহ্বরগা তৌরগে হায়দুনা।

স্নাহনবীঃ ইমাগী তোম্পোক! ঙসিদি স্কুলসু ছুটিনি চরা খাঙোক্রো ইচা চেনবগী খারম্মগনি অদুগা নুঙাইনা ঙাহাক তম্মুরো। হায়দুনা মচা তোম্পোক ঙা থোংদুনা চাক ফজনা পীজরে।

তোম্পোকঃ অস! ইমা ঐসে চাক লাম্বনা পুকসে পৎ তৎলবনি হায়দুনা চাক ফজনা মপুক থন্না চাথোক্রে। অদুগা খারবা অদুদা ফম্মুং চংদুনা নাখোক্লুনা তুমখ্রে।

স্নাহনবীঃ মচা তুমখ্রবা অদুদা মথন্ত হায়জে। পৈশা অসিদি লাইরেম্বীনা মায় ওনশিনবিরকপগী খুদম্নি। মপা নাবদা লৌ বন্ধান চৎখিবদু হন্দোকচবা ঙম্নবা ইমানা কৃপা পিরবনি। অদুনদি ঐ পঙথবা য়াদ্রে, জগৎনা অমুক্তা তৌখিদ্রিবা থবক অমা ঐনা তৌরগে। ফৌ শংবাই অমগী কবোক পোক্লগা চায় খায়রগে। হায়রগা সুমাঙ থেলোং, খোংবান লুক্লাং কবোক্লা পুমঙৌ ঙৌনা চায়খায়রে। য়ুমথকসু কবোকচায়খৎলে। ইংখোল অদু কবোক অফাবনা পুমঙৌ ঙৌখ্রে। অদুগা মচা নিপা হৌদোরক্রে। ইমাগী তোম্পোক হৌগৎলো, হৌগৎলো। য়াম্না হরাওনা হৌদোরক্রে।

তোম্পোক্লাঃ করি হায়গে ইমা করিগী অদুক পাখৎনা হৌদোকলিবনো ?

স্নাহনবীঃ মীনা হায়বদি হেক তাদনা ঙসিদি কবোক্না নোঙ ওইনা চুরে। লেন তাবগুম পুমঙৌ ঙৌরে য়াম্না অঙকপা থৌদোক্নি। মী পুম্নমক কবোক সংবাই সংবাই খুঞ্জিন্দুনা থম্নখ্রে। নংসু খুলহৌরো লাও হয়েংসু চাবা য়াগনি।

তোম্পোকঃ করি ৱানোনে ইমা! কবোক্নবু নোঙ গুম্না চুবরনে।

স্নাহনবীঃ ইহে ইবুঙো নংবু য়ুমথক্কীসে য়েংউনে কবোক্কী কবোক ঙাক্তা ঙাইহ্রবনি।

তোম্পোকঃ হোইনহে ইমা হায়রগা সুমাংদা তাবা কবোক খুল্লগা চাই। এঃ ইমা কবোকসিদি ফোং ফোং শারিয়ে। মসিদি য়াম হাওইনে!

স্নাহনবীঃ আঃ হৌজিক্তী থাজরেদনা চারবনিনা, ইংখোল থুংনা তারমগনি খুল্লুচো চৎলু।

তোম্পোকঃ ঙাইখো ইমা সোরারেন্দবু কবোক পোকপা হৈবা মী লৈরমগদ্রনে চুজাক কবোকসু মরক মরক্তা য়াওরি লেন তাবগুম্না মসিসু য়াম্না হাউরিনে

স্নাহনবীঃ কনানা খঙজুনি ইবুঙো কবোক পোকপা হৈবা মী লৈরমতাইদনা।

তোম্পোকঃ এঃ এঃ ইমা ঐদি খংলেদো শোরারেন্দনে জগোই শাবী মশক ফজবী য়াম্না লৈ হায়বদাইনে। মখোইদুনা কবোক পোকঅগা চায়খায়দুনা শান্নবদা মখাদা নাঙ্গদুনা তারকপা শোইদনা ওইরমগনি, কো ইমা।

স্নাহনবীঃ খঙদেদা ইবুঙো! অদুম হায়না তৌরিব্রা করিনো? ওইথোক্তবা পোৎ লৈতে হায়বদু তারেদনা।

তোপোকঃ ঐদি কবোক চায়থরক্লিবা মখোইদু নুংশিজৈদা বরদুম পীথোক্কে। নখোই চাব থকপা ৱাত্তপাদবা ওইজরো! জগোই শাবীশা!

স্নাহনবীঃ ইচাগী বরদু লেম্না মাংদবা ওইরসনু। অঙাংনা পীবা বরদি লেম্না মাংদে হায়বনি। স্নাহনবী থবক শুদনা লৈবা হৈনদবা নুপীনি খ্বাংচেৎ লাকশিল্লগা ইংখোলদা য়োৎপাক তৌরি হৈ! হৈ!

চাউবা কৌবা শেঞ্জাওপাইবা নিপা অমা চংলকই। মশা যাম্না নাপ্লি স্নাহনবীগী মতৌ উবদা ইবেম্মা স্নাহনবী নংদি থবক কনখ্রেদা ইচলগী নুংশিরবা মায়খোঙসিদগী হুমাং মরিক মরিক শিঙ্গরকপসিদি লংলা তৎলবা মুক্তা পরেংনা মতুম মতুম শিঙ্গরকপশুম ওঙ্গোক্লা নুংশিজখ্রেদা। স্নাহনবীনা য়োৎপাক থম্মগা ইমুংদগী মোড়া অমা লৌথোক্লগা থারি, অদুগা লেংশিনবিয়ু তাদ! চাউবা! চাউবনা মোড়াদা ফম্মী অদুগা স্নাহনবীদা নোকফেৎ তৌরগা য়েংদুনা লৈ।

স্নাহনবীঃ তা চাউবা নচলগীদা লেংঙকপবু করি থবক্কী ওইরবনো?

চাউবাঃ হায়রকই করিসু থোইদোকপা লৈজদে। ইচলনা নিপাদৌনা লৈপাক তৌরম্বসিদা নবুংনা য়েংবা নুংঙ ইতদুনা সুম চংজরকপনিদা।

স্নাহনবীঃ অংহোই নচলসে পেবেৎনা মচা চাউবা ঙাইদবা য়াদবা শুম্বনি। য়েংশিনবিনবা মী য়াম্মীনে তাদা! অদুগী মনুংদা নুংশিবিবসু নুংশিবিদবসু ইয়াও য়াওরিবনিদো। ইচা মপাঙ্গল শোল্লিয়ে।

চাউবাঃ এঃ ইচলগী ৱাতাসিদি ঐসু ইকাইশিল্লকএ, ঐখোইদদি থোইনা নত্তবা খনবিগনুদা।

স্নাহনবীঃ এ! এ! নৎচদে! নৎচদে নচলগী হৌজিক হৌজিক ওইরিবা ফিবম অসিনা সুম হায়জবনিদা। নচলসে য়োৎপাকসু পায়দবা য়াদ্রি, নাপী ফান্নবা থাঙ্গোলসু পায়দবা য়াদ্রি, সম্বলসু খাদবা য়াদ্রি।

চাউবাঃ মান্নি, মান্নি, নিপা হায়বদু লৈজদবনিনা নিপাগী থৌ নুপীগী থৌ অনিমক নথম্তনা তৌদবা য়াদ্রবনি। নাম্ম ৱাৎনা হিংবসিসু ৱাদ্রনে।

স্নাহনবীঃ তাদ মীওইবা ঐখোইসে হিংদ য়াদবগী লানফমদা কিদুনা ফন চেল্লবসু লোৎলবসু পাক চাউরবা সংসারসিদা চেনফম লৈরোই

লোংফম লৈরোই। অদুনা নচলদি চেনদৌ, শরুকপুদি চোংশিন্দুনা মায় ওন্শিন্দুনা তৌদ্র য়াদ্রবা ইথৌদুদি পাংথোক্লিংবগী থৌনা লৈজে। চেন্নবসু তুংলোমদগী মীনা ইঙক ককখিনি। অদুনা মায় ওনশিন্নরগা স্তান তানা শিজগে খল্লি। তাঞ্জা ফংলগা নচলসু অঙম্বা খরদি তৌরমগনিদনা।

চাউবাঃ অস ! ইচল স্নাহনবীগী বাখলসিদি নিপাগী বাখলনী, নংগুম্বী চনু নিঙোলদি মণিপুরদদি লায়রদনা পৃথিবীসিদা য়াম্না তাংগনি। অদুম্মকপু ইবেম্মা নুপীমচা নংনা অঙাং অমা চাউনবা য়োক্কদবসি অরাইবদি নত্তে।

স্নাহনবীঃ অংহোই তাদ। ঐখোইগী মপানা থম্বীরম্বা নিপা মচাসিনা চাউদ্রি মখৈদি শম্বলসু চেৎনা খাদবা য়াদ্রি অদুগা থোঙ্গালসু ফজনা থমদবা য়াদ্রি। চংফম লৈত্রবদি য়ুম মৈ চাক্লগদি কনানা মৈ কনবিগনি। নচলদি নহাসু ওইজরী।

চাউবাঃ য়াম্না চুমখ্রবা বানি। অদুনা নমা নচানা করিগুম্বা অবা অনা থোক্লক্লবদি নৎত্রগসু কনাগুম্বনা থওই উশিত্তবা বাঙাং তৌরক্লবদি নবুং ঐ লৈরি কনাবুসু কিরুনু।

স্নাহনবীঃ তাদগী বা অসি তাবদা নচলগী থম্মোইদা অনৌবা থৌনা অমা ফংজরে। অবা অনা তারক্লগা হায়নদবা য়াবা নত্তে। নুংশিনবনা খ্বাইদগী মরুওইবা লৌশিংনি।

চাউবাঃ লাইরিক হৈবনিনা চেনগদবা গুন পুন্নমক শুনা হেক চেল্লি। নংবু থাগত্তবা ঙমদে নংশিদি চেকশিন্না শিংখ্রেদা ? অচুম্বনি নুংশিনবনা পুন্নমক্তগী কান্নবনি।

স্নাহনবীঃ তাদনা নচলবু পঙথা থাগৎপিরে। মতাং মতাংগী মতুং ইন্না পায়ফম থোকপা খুলাই শিজিন্নবা হৈবা তাবনি।

চাউবাঃ খঙজরে ইবেম্মা করিগুম্বা নথন্তনা পাংথোকপা ঙমদবা মতাংদা ঐখোইদসু হেক খংহন্নকউ। মদুদা ঐখোইনা তুমিন্না খক লৈথোক্লোই। নংগীদমক্তী থবাই পাম্মমুজরোই।

স্নাহনবীঃ পোকমিন্নবা ইবুং অমা লৈরিঙেদা নচলনা কনাবু কিরুনি।

চাউবাঃ ফরে ফরে ইবেম্মা ইবুংসু অমুক য়ৌজরগে। হায়রগা চাউবা হৌগংখ্রে।

স্নাহনবীঃ ফগনি তাদ ।

চাউবা চংনা চংনা খল্লি। মসিগী মৌনহাশিদি কা হেঞ্জিনবা য়াদেনা, মাগীসিবু অশেংবা সতী শারিবরা ? তৌশিন্নরিবরা ভাব তাব ঙমদে, মাগী অরোনবা নিংপা অমদি শোইদনা লৈরমগনি। চহি৩০ শুবসু নথত্রিবা মৌনহাসিনা করিগী হাংনা লৈরমগনি। মসি অমুক্তং ফানবা তৌব তাই। কনা থাজিনশিগে ? মশক অসুক ফজবী অসিনবু সতী ধর্ম্ম ভাকপা ঙম্বা হৌনদে। কনাগুম্ব অমনা ফাত্রবদি অরেম্বদা তাক্সি শোলহৌগনি। খল্লগা চাউবনা মোইরাং লৈমা কৌবী মৌনহা অমা থাজিল্ল কই। মোইরাং লৈমা হ্রাও হ্রাও চংলকই।

স্নাহনবীঃ মোইরাংলৈমা হায়বিসিনা হ্রাও হ্রাও লাকইবসিনা করিগীনো ?

মোইরাংলৈমাঃ স্নাহনবী ঐ ঙসি নংঙোন্দা ব্রা অমা হায়গে নং শাউদি শাউরক্কনু।

স্নাহনবীঃ খুম্মকই করি হায়গে ? মোইরাং লৈমা নংগী ব্রাতাসিবু ঐনা য়ানিংঙোইদৌবা ব্রা হৌদোরক্কদবা মানখ্রেদা ঐনা য়ানিংগদৌবা ব্রা ওইরবদি হায়রকও তারসি। করি ব্রানো ?

মোইরাংলৈমাঃ নংগী ব্রাতাসিদি হায়গদৌবু তম্লেনে। নংগী ব্রামাঙ খুংয়ানসিনা

স্নাহনবীঃ য়াম্না শক তাখংপা তাত্রবরা ? হায়রো হায়রো তারশি।

মোইরাংলৈমাঃ হন্দক্কীসিমদি য়াম্না ফবা মীনি খল্লগা হৌদোকপনি নং শাউরক্কনু, লৌয়াম চাবা, ইনাক খুনবা অচৌবা থিকাদারনি।

স্নাহনবীঃ য়েংঙে ই মোইরাং লৈমা ঐগী করিসু ৱাৎচদে। মপানা থম্বীরম্বা ইচানিপা অমা লৈজরী। ইচাশিনা চাউরগা ইমৌ থিগনি। অদুগা ইশু উবা ফংগনি। শাগে চাউগনি অদু য়েংঙ গা ঐ নুংঙ ইজরগে খজিক্তং খাংবসিবু করিগী ঙাইহৌমদদুনা লম্মখাংদা অসুক ফজবসি মাংহনগদোইনো ?

মোইরাংলৈমাঃ হোইনে অদুবু নচানিপা পিক্লিবসি চাউননবা য়োকপদা নথন্তনা হোৎনগদবদু ৱারোইদ্রো নংবু নুংশিজবা ইনাকসু খুনবা অমগা স্নাগী মথক্তা তম্ফা লৈবগুম নুপা নুপী মতৈ মনাও অনি চংদুনা নচাদু য়োকমিন্নরবদি নচানিপা অসি চাউখিবা খঙহৌরোই। ইন্না ৱাদনা ও ইবেম্মা নংসে পাঙ্গল শোনবী নুপীনে।

স্নাহনবীঃ ও! ঐ ভাব তাজরে। ঐগী লৈখিদ্রবা লাই ওইখ্রবা ইপুরোইবদুগী মহুৎ শিন্দুনা মাগী মচাসু নত্তবসিদা ইচানি হায়জিল্লগা মপা শাবিগে হায়রকপ অদুরা ? ঐবু নুপীনি হায়দুনা য়ারনি খল্লকইবরা ?

মোইরাংলৈমাঃ নংসিদি ইবেম্মা থাইনগী সতী খোংনাংগী ৱারীদা অদুম লৈরেনে। মদুনদি নপুন্সিদু মঙাল লৈনা হিংবদি ফংলরোই ফাগি নত্তে য়াম্না ইনাক খুনবা নিংথৌগুম্বা নিপা অমনা ৱা অমতা হায়বিয়ু হায়বা কুইরবনি। মাগী মতৌদো নুংবু নুংশিরক্লে।

স্নাহনবীঃ কনানোনে ইনাক খুনবা নিংথৌগুম্বা নিপা হায়বদুবো ?

মোইরাংলৈমাঃ কনা ওইনি নংনসু খংলমগনি। ঐখোই লৈকাইসিগী ইনাক খুনবা তাদ চাউবনিদনা মা নত্তনা কনা ওইনি। মাবু মশক ফজদে হায়গদরো ? লায়রৈ হায়গদরো ?

স্নাহনবীঃ ও ! ও ! খংলে, খংলে, মশক অদুক ফজবা ইনাকসু খুনবা নিংথৌগুম্বা মানবু লৈশাবী মশক ফজবী অমা য়েংবা য়াইনা, কৈনো, চাজেনবী ঐবু করিগী অদুক নুংশিবীরিবা ?

মোইরাংলৈমাঃ অস! নংগী থম্মোইসিদি অঙকপনি ওয়ঙ্ক্লা চেৎনা ৱারকখ্রেদা অদুবুনে ইবেম্মা নুপী হায়বসিদি মায়বু চান্নরুরবদি কনাগুম্বা য়ু থকপা, জুৱার ৱালা অমদা পংথবসু য়াওইকো।

স্নাহনবীঃ মোইরাং লৈমা! হৌজিকসু ঐগী ইপুরোইবা শিদ্রি হিংলি ইতত্তনা লাকপিরি লৈচিন পোমায় হাংলগা য়েংবিররী। ঐগী খোমলেন মঙলান্দা হেক হেক হায়রম্মী। স্নাহনবী অৱাববু কিদুনা খক চেনগনু চেল্লগা হেন্নে হেন্নে অৱাবা পাকথোক চাউথোরক্কনি। হায়রগা হিক হিক কপ্লকই।

মোইরাংলৈমাঃ অস! নংশিদি খর কাউথোকউ হায়রগা।

স্নাহনবীঃ কাউরগে খল্লগা থোইন হেন্নে পাক চাউবা ময়েক শেংনা মাগী নুংশি চেংলৌদু নকশিল্লকপগুম তৌই। মোইরাং লৈমা! মহাক মশানা লায়েংবা ঙম্মরোই শোইদনা শিরগনি খংজরবা মতম অদুদা শোরদি হোনবদা ৱাররুবা মতেক মতেক হোল্লকপা (হায়রগা হিক হিক কপ্পুনা লৈখ্রে)

মোইরাংলৈমাঃ নংদি অদুগুমদু সুম নিংশিংদুনা লৈরবদি নং করম্না হিংগনি।

স্নাহনবীঃ কপ্ন কপ্ন হায়রকই মতম অদুদা হায়রম্বদো ঐগী পুন্সিদা কাউবা সুকঙম ঙম্মরোই।

মোইরাংলৈমাঃ হোইন্নে অদুবু কনানানুংঙাইগাদবগে?

স্নাহনবীঃ কপ্ন কপ্নঃ মানা লৈয়েংদি ফাররুবা মতম অদুদা মতৎ মতৎ ওইবা ৱাহৈনো স্নাহনবী! নংগী নশক অসি ঐনা ওয়ঙ্ক্লা নুংশিনা পামজনা য়েংজবনিকো। অদুবু ঐদি য়াগদৌ মান্দ্রে। নংসে নচা পীশক অসি হুন্দোক্কদরা হায়য়ু অমুক্তা . . .

মোইরাংলৈমাঃ অদুমক হেক হায়রমবরা?

স্নাহ্নবীঃ ঐনা খুমখি মখোই বাবা নং চৎখিবা য়াদ্রি নংগা ঐগা নচাশি য়োকমিন্নখিগদবনি। ঐনা নংবু থাদোকপা ঙমখিরোই।

মোইরাংলৈমাঃ নবান্নি য়াম্না নুংশিনা লৈমিন্নখিবনি হায়ববুদি ঐসু খংইদা। অদুবু লৈখিদ্রবনিনা সুম নিংশিংদুনা লৈরনু হায়বগী বানি।

স্নাহ্নবীঃ কপ্ন কপ্ন হায়রকই অমুকসু অসুম্না হায়রকই ঐনা চৎখ্রবসু নং ঙম্মবদি নচাশি হন্দোক্তুনা চণ্ডী চৎহন্নিংদেদকো, নং চৎলোই অমুক্তা হায়য়ুবা ! কল্লক চাউবা সংসারসিনা নংবু সতী ধর্ম্ম থুগাইবিনবা হোৎনরক্কনিদকো ঐ চৎলেকো। হায়রম্মগা মিৎ উইশিনখিবদগী অদুম চৎখ্রে। অমুক পাংলকখিদ্রে অসিবু ঐনা করম্না কাউরশিগে হায়রগা হিক হিক কপ্তুনা লৈখ্রে ।

মোইরাংলৈমাঃ মাসু হিক হিক কপখ্রে কপ্ন কপ্না হায়রকই হোইনে স্নাহ্নবী ! কাউবা পাক য়ারোই। অদুবু, শিখ্রবা নপুরোইবদুগা সুম লোইন্দুনা লৈমিন্নরগদি কমদৌনা য়ুম পানগনি। খর কাউথোক্নবা হোৎনৌ হায়দুনা ঐনা খনবনি।

স্নাহ্নবীঃ কপ্ন কপ্ন মদুদা ঐনা মশা পায়দুনা বাশকখি। মহোই বাবা ঐগী হকচাংদা মিহুন অমত্তং হুপ্লিবমখৈদি কনাগুম্বা নিপা অমদা হন্না ফাউবা য়েংখ্ররোই হায়না বাশকখ্রবনি।

মোইরাংলৈমাঃ অদুগুম্বা ময়াম অমা ময়ুম পান্নবা য়াওখ্রবনি। নংগী নপুরোইবা লৈখিদ্রবা মতুংদা ললিতাগী মপুরোইবা লৈখিদবনি অদুবু মাদি মচা অনি হন্দোক্লম্মগা ফৎখিদ্রবা য়ু থকপা নিপা অমদা ময়ুম পানখ্রে মচাসু পোকখ্রে।

স্নাহ্নবীঃ অদুবু অফবনি হায়রিবরো ? হৌজিক মচা অনিদুনা মমাবু কয়াম বারৌরমগনি। মমা লৈত্রবা মচাশিংদুনা চারমগদ্রা ? থক্লগদ্রা নুমিৎ চুপ্পা কপ্তুনতা লৈরমগনি। অদুগুম্বা বারীদু তাজনিংদ্রে পী

তারকই। মপুরোইবা হেক শিখিবগা থুংদ নমদনা মফি শেংপী ইকাই খংদবীদু ওইরমগনি।

মোইরাংলৈমাঃ অদুম হায়না পঙ থবদা য়াখিদুনা তোক্লরনি হায়দুনা লাকইবনি।

স্নাহনবীঃ মখোইদুগুম্বীদুনা জাতীগী ইপা ইপল, ইবুং ইম্বাশিংগী মমায়দা ফিরুক খুমহল্লিবনি। ফুরিৎ ঙকশম য়াম্না লাউবী শেগা কোৎপী অমা লিৎপীদুনি ঐ মাগী মমতৌদু পামজদে।

মোইরাংলৈমাঃ হোইনে নংবুদি মাগুম্বী নত্তেনে ঐসু খঙঙীনে। মাগী অদুগুম্না য়ুম পাল্লু হায়বা নত্তেনে।

স্নাহনবীঃ তাও মোইরাংলৈমা মীওইবা ঐখোইসে ইশা ইশাবু য়াম্না থাগৎচনিংবনি। মানা তৌবা থবক য়াম্না শিংথানজনিংবনি। অদুনা নোংমদি শোইদনা হায়রক্কনি। ঐনা স্নাহনবীগী মচা নিপাসি শেম্বীবদগী মী ওইজরবনি কা হায়রক্লবদি ঐদি তাদুনা লৈবা ঙম্মকওই।

মোইরাংলৈমাঃ অদুগুম্বদি হায়রক্রোইদা তা চাউবদি নংবু পামজবদা ঙাওজরবনি নংনা ঙম্না পানগনি।

স্নাহনবীঃ মদু অরেপ্পা লৈতবা ৱানি। হায়রকপা মতমদা নংনা তাগদবা নত্তে। অদুগা ঐগী ইচা নিপা তোম্পোকসিসু মপাগী মিহুন লৌবনি। ইমানা নিপা অসিদা য়ুম পানবিরগা ঐবু করিগী য়োকহনবিরী ঐঙোন্দা চেল্লিবা ঈ তোঙ পুম্নমক চিংথোক্লগা নিপা অসিদা পীথোক্লগে হায়রক্লবদি ঐনা লেপকদবসি কদায়দনো? নিপাদি মখুৎ চঙ্লগা ৱাঙাং হোংলকওই হায়নিংঙাইসু লৈতে।

মোইরাংলৈমাঃ স্নাহনবীগী মৱা তাবদা তৌফম খংদদুনা মকোক হোত্নুনা খাংলে। মথন্তা হায়জে ইস ঐনা নমদুনা য়াহনগনি তা চাউবদগী লুপা চাম্মা লৌবা ঙম্মগনি খল্লুবসিদ্দি ওইররোই। উপায় লৈত্রদুনা

মথম্মোই শেংনা হায়রকই। খংজরে ইবেম্মা অমুক হন্না পঙ্গররোই।

স্নাহনবীঃ হায়রকই অদুগুম্বা বাফমদা নং হয়েং মখৈ য়াওরুদবা ফৈ মদুনা তুংদা অকায়বা কয়া লাকপা য়াই। তা চাউবদুনা মীনুংশি অদুক য়াম্না চাউরিবদু ঐগী অঙাংদগী হেন্না মরাইবক থিরবা ললিতাগী মচা অনিদু খর য়োকপিয়ু হায়য়ুদনা।

মোইরাংলৈমাঃ অদুদি কদায়দগী য়ারক্কদগে ?

স্নাহনবীঃ মমানা হন্দোক পিরম্নবা মরাইবক থিরবা অঙাংশিং অদুদদি করিগী নুংশিবীদ্রিবনো — মাবু মপা লৈত্রবা মচা য়াম্না নুংশি হায়বদাইনে। মমাসু মপাসু লৈজদ্রবা অদুদদি করিগী হন্না য়েংনিংদ্রিবনো ?

মোইরাংলৈমাঃ ললিতাগী মচাদবুদি করম্না নুংশিরুনি করিসু থোক্রুদবা অদুদবু নংবু ঙাওরবরো ?

স্নাহনবীঃ ঙাওরিবসিবু কনানো ? ঐগী ইচাসিগদি মাগা করি থোক্লরিবা ?

মোইরাংলৈমাঃ নংগী নচাসিদদি মরি থোক্লনবা নুংশিবা হৌরকইবসিনিদনা।

স্নাহনবীঃ ও ! মরি থোক্লনবা ঐবু নুংশিবিবা হৌরকইবা। অদুনদি ঐ লৈরমদ্রবদি হায়বদি ঐনা শিখ্রবদি ইচা তোম্পোকসিবু তা চাউবনা নুংশিবিগদ্রা ?

মোইরাংলৈমাঃ অদু ওইরবদি তা চাউবনা নংগী নচাবু কদায়দগী য়েংঙক্কদগে ? নং লৈবদগী য়েংঙ কপনি কৈনো ?

স্নাহনবীঃ অদু ওইরবদি তা চাউবনা মীনুংশি চাউরিবসিদি মমা মশক ফজবী লৈত্রবদি নুংশিবিরোই হায়বা নত্রা ?

মোইরাংলৈমাঃ খুম্ফম খংদদুনা ঙহাক তুমিন লৈ। মথন্ত খল্লি মসি য়াররোই ঐঙোন্দগী য়াম্না হেন্না শিংই ঐনা ঙাংনবা ঙম্মরোই। অদুনদি

মশা মশা ঙাংনেজরসনু। (খনবমখৈ খল্লগা ফোংনা হায়রকই।) য়ারে য়ারে ঐ খঙজরে। তা চাউবনা নংগা ঙা চামিন্নৌ হায়দুনা লুপা ১০০ পীরকপনি। তু লুপা ১০০ সে ফজদ্রা য়েংউ। ১০০ কাসে মঙোন্দদি করিসু নত্তে।

স্নাহনবীঃ নোকপা মোইরাংলৈমা নংসিদি ওহোকপা হায়দুনি। নংদি চাম্না চৎপী অহনবা অদুগী থাখন্দা অচুম অরান খন্দ্রবনিনে।

মোইরাংলৈমাঃ ঐ চৎচরে ও ইবেম্মা মৈ ঈশিং চংদবী। লৈবিহৌরো?

স্নাহনবীঃ ভাইখোনে। নং ভাব তাখোনে ইতাউ তাউনা চৎখিনু। নুপী ঐখোইসে নিপাশিংনা উশিং থওইদনা খনবা ঙমদনবা চৎপা হৌদবনি।

মোইরাংলৈমাঃ করি অমুক হায়খিগগে ঐ পুমপঙ পঙ শিনখ্রে।

স্নাহনবীঃ নং ভাব তাও তা চাউবনা হেন্না শিংহনগনু মানা ঐবু থম্মোই শেংনা নুংশিবিবা নত্তে। ঐগী চেকশিন্না থমজবা হকচাংবু পান্বদগী নুংশিশন্নবনি। নং থাজৌ। ঐসু তাংজবী উরীনি। উরী হায়বসে পামেল য়াওদনা মথন্তা লেপ্পা থাই। অদু ওইরবসু ঐগী পুন্সিগী য়েৎচগে খঞ্জবা পামেল অদুদি মরূ ফুক্তুনা তুখ্রে। মদু ইরাইবক্লা তম্লম্বনি খঞ্জরগে। নত্তনা ইচা লৈরবা ঐনা ইচাগী খন্দবা য়াদে।

মোইরাংলৈমাঃ অদু ওইরদি স্নাহনবী নংদি মীনা খরদি উশিৎপা থাৎপা তারেদনা।

স্নাহনবীঃ হোই কনবিনবা নিপা লৈত্রবনিনা মিয়েং কারল খর লাকপ য়াই। অদুবু পাল্লগসু মায়কৈ অমরোমদা পেন্দবদি মদুনা হেন্না লাক্কনি।

মোইরাংলৈমাঃ হেরা স্নাহনবী অদুক শাংন খঙ্গরগদি খোঙ থাংফম লৈররোই। খরসু নুংঙাইথোকউ।

স্নাহনবীঃ খঙ্গদবা য়াদবা মতাংনি য়ুম পাল্লবনিনা অঙাং অমুকসু পোক্লকপা

য়াই। অদু ওইরবদি ইচা তোম্পোক অসিগা মপা তিন্নদবা মচিন মনাও অমুক ওইরনি।

মোইরাংলৈমাঃ অদুবুদি মশানা তাবনি।

স্নাহনবীঃ অনিশুবা অঙাং অদুনা মাগী মচানিনা লুনা তৌখিনি। ইচা তোম্পোকপু য়েংনিংঙক ওই। করিগুম্বা মচিন মনাও খৎনরক্রবদি মপা লৈত্রবা তোম্পোক্তী তোঙান তারোইদ্রা ?

মোইরাংলৈমাঃ অদুবুদি চুম্মীদা।

স্নাহনবীঃ অদুনি মোইরাংলৈমা তাংজবী উরীগী মপোক ওইরবসু অনৌবা পামেল য়েংউবা য়াদ্রবা মতাংনি।

মোইরাংলৈমাঃ ফরে ফরে ইবেম্মা খংজরে। নংনা ঙাংবসি কক্লিংঙাই লৈতে। (হায়রম্মগা মোইরাংলৈমা চৎখ্রে)

*চাউবনা খল্লি স্নাহনবীদু মোইরাং লৈমনা ঙা পীজরগা থেল্লমগানি খরদি শোইদনা মবুক্লিং ওক্লম্মগনি, ঐসু থোইনা ফিভম কায়বা মীদি নত্তবনিনা অদুগী মথক্তা অনঙব মীসু নত্তে। অসুক নহা ওইরিবী মা নবু করিগী ঐবু য়ানিংঙোই। ঙসিদি লাইবক চাং য়েংউগে হায়দুনা মশা নান্না ফৈজোম ফজনা শেৎলগা জহরকোং অমা লিংলগা য়ান্না লেম্না চংলকই।*

স্নাহনবীঃ তা চাউবা ! অমুক লেঙঙকইবরা ?

চাউবনাঃ স্নাহনবী ইবুংবু করিগুবা অমত্তং হায়জগে লাকপনি। নংবু ঐ হেক উবগা ৱারৌবগুম তৌব্রা কৈনো মায়থোঙদুবু ?

স্নাহনবীঃ ঙসিদি তাদা ঐ ফিদা থাজররোই ৱারৌবীগনু নচলগী থবক খর চিল্লি কৈথেল কাদবা য়াদবনিনা ইমুং মাঙ্গোলসি ৱাই শিত্তোক্তবা য়াদ্রে।

চাউবাঃ হোই হোই শিত্তোকউ শিত্তোকউ। অদুবু ঐ করিগুম্বা অমতা হায়গে।

স্নাহনবী ঃ তাদ ঙসিদি ৱারী শানবগী মতম লৈরোইদৌরে।

চাউবাঃ এঃ ইবেম্মগী ৱাতসিদি ইকাইবা পীবগী ৱানিনে।

স্নাহনবী ঃ তাদ ইকাইবা পীজবা নৎচদে। মতাংনা য়াদবননি নচলসে পঙ্গুং অমা তাল্লিয়ে।

চাউবাঃ ইচলবু করি করম্বা পঙ্গুং তানবিরিবা ঐসু পাংজগে।

স্নাহনবী ঃ সুমজিৎ থাদোক্কে অদুম ঙাংই — নচলগী পঙ্গুংদি ইচাসি কনাগী মতেং য়াওদনা য়োকচঙমব অসিনি।

চাউবাঃ স্নাহনবী ঐনা নংবু নুংশিবদগী সুম লাকপনি য়ারবদি নংনসু খর খনবিয়ু।

স্নাহনবী ঃ তাদা তাদনা থাবিরকপা মোইরাংলৈমাদা ঐগী অপাম্বা ৱাখল পুন্নমক লোইন ফোংদোকচখ্রে মদুনা ঐগী অরেপ্পনি।

চাউবাঃ ইবেম্মা মোইরাংলৈমানা করিসু হায়রদ্রে অদুনা অরেপ্পা অমা খংলগে লাকপনি।

স্নাহনবী ঃ তাদ ৱারৌরগনু ঐগী থম্মোইদা কনাগুম্বা অমগী মফম থমজদ্রে।

চাউবাঃ তৌনুদা ইবেম্মা ঐসে চাউবনি নং সতী ধর্ম্ম ঙাকপি শাগনু নংগীদু মতৌ মালহনবনি ঐগুম্বনা লৌরগে খনখ্রবদা কনানা থিংবা ঙমগনি। ঙসিদগী নং ঐগী নুপী ওইরগদবনি। মৌ নহানা করি পাম্মী ঐ খঙঙি।

স্নাহনবী ঃ (শাউনিংলকএ অদুগা ফজনা হায়রকই) করিনো তাদনা তাকপিরিবা ৱাদো পাঙ্গল শোনবীনি হায়দুনা নুপী সামাজবু অদুক হঙ্গনা য়েংবিবা তৌবিরক্লনু, ঐখোইগী ফিজেৎ, চাকচা, লমচৎ,

শাজৎ য়েংলগা ভাব তাবিবা ফৈ। পৈশা খর পায়রগা নুপীগী থম্মোইবু হেক্তা লৈবা ফংগনি খল্লিবদু তাদবু য়োন্দবা পোৎ হেক্তা লৈরনি খল্লিবরা ?

চাউবাঃ শাউরকই হেরো ! ইবেম্মা নংসিদি ফজনা থেমদুনা য়েংবদা য়াদ্রবদি নম্ফু শিজিন্নবা তারেদনা। হৌজিক লৈকাই অসিদা লৈরিবসি ঐগী মী ঙাক্তনি। হায়রগা চংশিল্লক্তুনা স্নাহনবীগী খুদাং পায়খ্রে।

স্নাহনবী ঃ সুমজিৎ থল্লগা চাউবগী মমায়দা শেৎ শেৎ থারকই। তাদ নুপীনি কায়না পাংহেনদি হেঞ্জিল্লকনু।

চাউবাঃ আ আই মসিগী নুপীসিদি হায়রগা স্নাহনবীবু সুপকোন কোনশিল্লগা ইষ্টুনবা হোৎনরকই। স্নাহনবীসু চাউববু ফু নবা হোৎনৈ ।

স্নাহনবী ঃ খোনফম কায়না লাউরকই হো লৈকাই লৈকাই কনা কনা লৈবগে ঐবু অমুক্তা কনবিয়ু লাউরকই। কনাসু তাখিদ্রে চাউবনা নমদুনা স্নাহনবীবু নমথুরক্লে স্নাহনবী ফিভম কায়না কপ কপ্তুনা লাউরি। মতাং অসিদা তোম্পোক লাইহ্রিক তম্বা কুম্মক্তুনা চংলকপদা মমানা তৌরিবা মতৌ অদু উবদা শাউমনখিদুনা চৈতুপ অমা পায়রগা মখুৎ অনি চংদুনা থাঙ্গৎলগা চাউবগী মকোক্তা অরোইবী থাদুনা থোমখ্রে। অমুক থাবদা চাউবা ৱাঙ্গদুনা আঃ হায়রম্মগা উপ্পা তুদুনা লৈখ্রে অদুমক্তদা তোম্পোক্কা মমাদা ব্যাবহার কায়রম্বা অদুদা শাউদুনা পোপ পোপ ফুরকই। মদুনা পেল্লক্তদুনা ইমুংদগী মমানা পায়বা থাংজৌ পায়রক্তুনা চাউবা তন্না চেনশিল্লকই। স্নাহনবী ফুক হৌগৎলগা চাউবদা য়ানগদবগী চেনশিল্লকপা মচাবু ফাখ্রে।

তোম্পোকঃ ইমা মসিংগী নিপা অসি হাৎলগে নং ঐবু ফারগনু মাগুম্বনা ঐ লৈরিঙৈদা ইমাবু উশিত্তবা য়াবরা।

স্নাহনবী ঃ ইমাগী তোম্পোক ইচা লৈজবগী ইমা পেল্লে ঙসি নং লৈরমদ্রবদি ইমাগী পুন্সি লোইরম্মগদবনি। ইচানা ইমাবু অনৌবা পুন্সলি অমা

পীরবনি ইচাবু ইমানা পেন্না কোল্লগা অমুক্তা চুপকে। হায়রগা মচাবু কোল্লগা চুপখ্রে। অদুগা মমা মচা অনিমক কপমিন্নদুনা লৈখরে।

স্নাহ্নবী ঃ হায়রকই ইমাগী ইবুঙো নং মী হাৎপা মী ওইবা য়াদে। ইচাদি মরাল লৈজদবনি। হাৎলবসু ইমানা হাৎকনি। অদুবু মী হাৎলুরবদি লৈবাক ৱাথোক ওইগনি। মহা পাপীসি ইচানা নখুৎ পেন্না ফুখ্রে তোক্রুসি মথ্বাইদি কনবিরসি।

তোম্পোকঃ ইমা ঐদি খুৎ পেন্দ্রি মঙক অসি কক্লিংই অদুগা ঐ পেনগনি।

স্নাহ্নবী ঃ ইমাই পেম্মা হায়হৈদে। শিরব্রা করিনো লেংখিদ্রে। স্নাহ্নবীনা চাউবগী লৱাইদ্দা ঈশিং বালতি অমা হৈজিল্লে। চাউবা জ্ঞান লাক্রে। চাউবা তপ্না হৌগৎলকই ইস! কোক অসি থিনা নাখ্রেদা হায়রগা ঙহাক ফম্মী। স্নাহ্নবীনা তা চাউবা ভাব তারব্রা কনা লৈজদবা মীগী ঈশ্বর লৈবনি— হায়রগা চৎখ্রো চৎলো নশক য়েংনিংদে। হায়রগা অমুক চৈত্তুপ অদুনা শেৎ শেৎ থাই।

চাউবাঃ অঙাংনা ফুবদি খংহৌদ্রবনিনা স্নাহ্নবীনা ফুবোই নিংলে। চাউবনা তপ্না হৌগৎলগা হায়রকই ফৈ ফৈ স্নাহ্নবী। ঙসিগীদি ঐ চৎলে ইনিংথৌদা বিচার তৌহ্নগে খংগনি।

স্নাহ্নবী ঃ নোকঅগা হায়রকই অস! তাদগী ৱাদুদি অঙাং মচাগী ৱারী মাল্লকএ লেংঙো লেংঙো।

নিনি হুমনি লৈরগা চাউবা স্নাকোনুং কারক্লে। থোকঙাকপদা ঐ অমুক্তা চংজগে হায়রে। থোঙাকপনা ঙাইখো ঐ ইনিংথৌদগী য়াথঙ অমুক্তা লৌরুখিগে। হায়রগা নিংথৌদা হায়ররে। ইনিংথৌ ননাই ঐনা পুরিবা থোঙ অসিদা নিপা অমা লাকই চংহঞ্জরকপা য়াগদরা? মাগীদু ৱাকৎপা লাকপা মাল্লি। নিংথৌনা থাজিল্লকউ। নিংথৌনা য়ারবা অদুদা চাউবা হৱাও হৱাও চংলকই।

চাউবাঃ ইনিংথৌ ইবুঙো ননাই ঐ খুরুমজরি নিংথৌদা খুরুম্মী।

নিংথৌঃ আঃ নিপা নংদি নমিং করি কৌই। অদুগা করি হায়নিংইবা ?

চাউবাঃ ইনিংথৌ ননাই ঐগী ইমিং চাউবা কৌজে। ননাইগী য়ুমদগী লুপা খাউ অমা মাংখ্রে। মদুগী লংলা লংজিনসু থাজবা য়াবা পাউ ফংজরে।

নিংথৌঃ নংগী পৈশাদুদি কমদৌনা মাংখিবনো ? শগুন তৌরগা লৌখিবরা নৎত্রগা নম হাদুনা মুনখিবরা মরিক চুন্না তম্মু চাউবা।

চাউবাঃ ননাইগীসি শগুন তৌরগা লৌখিবসু নত্তে। অদুগা নম হাদুনা লৌখিবসু নত্তে। ঐগী হুইনা খাউদু চেনখিবা ওইগদবা মাল্লি। নিংথৌনা অদুদি চাউবা হুইনা চেনখিবা মতম অদুদা নংদি করি তৌদুনা লৈহৌই।

চাউবাঃ ননাই ঐসু উজহৌদ্রে হুইনা খাউ অমা পুরগা চংখ্রে হায়না অঙাংশিংনা হায়রকপদগী তাজরকপনি। ননাইশিং অদুনদি পৈশা য়াওই খংদবগী তাল্লহৌদ্রে হায়রকলে। নিংথৌনা অদুদি নংগী খাউ অদুদা য়াওবা লুপাদি কয়ানো ? করিগী পৈশানো ? নংনা থাজরিবনা কনানো ?

চাউবাঃ ননাই ঐগীদু লৌপরী অহুম য়োনবগী লুপা লিশিং ১৫০০০ নি ঐনা মাঙ্গোন্দা থম্মগা ঙাহাক্তং মনিং চংখ্রিঙৈদা থোরকপদা লৈরমদবনি। নুমিৎ তুদি ননাই ঐনা হংজবদা কনাসু খংঙি হায়দ্রে। নিনি হুম্নি লৈরগা সুম হংনবদা ননাইশিংনা হায়রকপদগী তাজরকপনি।

নিংথৌঃ অদুদি নংগীশিদি লাইরেম্বীনা মায় ওহোকখিবগুম তৌবা মাল্লে অদু নং পৈশা অদু কনানা খুল্লি হায়না খল্লি।

চাউবাঃ ননাইনা তাজবদা তোম্পোক কৌবা নুপা মচা অমনা খুল্লগা মমা স্নাহনবীদা পীশিনখ্রে হায়না তাজরে।

নিংথৌঃ এ ! নংগীশিদি ফন য়াম্মীবা পৈশানিনা অদুদি হৌজিক নংগী লৌ করিমতা লৈত্রবরো ?

চাউবাঃ ননাইগী লৌ পরী ৩০ মুক্তী লৈজরী ইমুংগী মীশিং য়াম্বনিনা কোন্নবা ৱাগদৌরী ।

নিংথৌঃ এ ! অদুদি নংদি থোইনা ৱানিংঙাই লৈতে । নংনা নচা য়াম্না পোকচবগী কোন্নজদবদি খঙদ্রে । অদুবু মাংখ্রিবা লুপা অদুবুদি ফংননবা হোৎনবিগনি । অদুগা নখোই অমনা ঙসাইগী তোম্পোক্কী মমা স্নাহনবী হায়বীদু কৌখৎলু ঙসিগী দরবার লোইশিল্লশি । (হায়রগা নিংথৌ হৌগৎখ্রে ।)

*মথঙগী নুমিত্তা স্নাহনবীনা মাগী সুমাঙ ৱাইশিৎলি । তাঙ্গা অদুদা নিংথৌগী মনাই অমা চংলকই ।*

স্নাহনবীঃ অঙস্বা করি তাকপিগদবা ?

নিংথৌ মনাইঃ ইবেম্মা য়ুম অসিবু স্নাহনবীগী য়ুম ওইরবরা ?

স্নাহনবীনাঃ অংহোই অঙস্বা ননাই ঐনি স্নাহনবী হায়বদো করি তাকপিগদবা ?

অঙস্বাঃ ইবেম্মা নং স্নাহনবী ওইরবদি হয়েংমক কোনুংদা লাকপা তারে । শ্রীয়ুৎকী স্না য়াথঙনি ।

স্নাহনবীঃ অঙস্বা ননাই ঐনা কোনুংদা লাক্কদবসি করিগী ওইরবনো ? ঐগীদি শেৎনবা ফি রোলসু জুগোৎ চাবা অমতা লৈজদে ।

অঙস্বাঃ ইবেম্মা নং লাক্তবদি য়াররোই । নিংথৌগী য়াথঙনি ।

*ঐ চৎলে হায়রগা থোরক্রে । চৎনা চৎনা খল্লি লুপা খাউ খুল্লি হায়বসি ওহোক্রা থাজখিদ্রেদা । স্নাহনবীনা মথন্ত ঙাংহৌই তা চাউবনা থারকপা ওইরম্বা তারে । তোম্পোক্লা লুপা খাউ খুনবগী ৱা ওইরবদি তাদ চাউবনা নহাল ব্যাবহার কায়বা*

*থবক তৌরম্বশিংদু ময়েক শেংনা মীয়াম মমাংদা ফোংদোকপা তারেদনা। ফনেক খোংদাই শেংলগা চৎকে।*

*মথঙ গী নুমিত্তা কোনুংদা নিংথৌসু সিংহাসন্দা লেংশিন্নে। দরবার মীয়াম ফন্নে।*

নিংথৌঃ দরবার হৌরসি ঙরাংগী চাউবা হায়বা নিপা অদু লাকঅবরা?

চাউবাঃ ননাই ঐ লাকচরে নিংথৌনা নহাল সোমোন চৎলুবা নিপা অদু লাকঅবরা?

নিংথৌ মনাইঃ ননাই ঐসু লাকচরে।

নিংথৌঃ আঃ অঙম্বা নংনা সোমোন চৎলুবদা স্নাহনবী হায়বী মৌনহাদুদি কৈদৌদুনা লৈরম্মী ময়ুম মকে অনৌবা শাগৎলম্বরা নুঙাইনা লৈরম্বরা?

অঙম্বাঃ ননাইনা চৎচরুবদু অয়ুক অঙনবদনি মা লমতু শেদোক্তুনা লৈরম্বী ময়ুম ইংখোল য়াম্না নাম্না তরু তরু লৈরম্মী।

নিংথৌঃ মাগীদু পৈশা খর মরাং কায়না লৈবগী খুদমদি ফংলেদনা।

অঙম্বাঃ মাগীদু মহারাজ শেল তিংনা ইংখোল নানবদি নত্তে। মশামক্না শিত্তোক শেংদোকপা কঞ্জবগী নানজবনি। নুপীনা য়ুম পানবা ওইরবসু শম্বল চেকশিন্না ফজনা খাজে কোম্বোংসু ফজনা ফাৎলি, সুমাঙ ইংখোল য়েনখা লুকখা নাপী মকা অমতা তাহন্দে। হৌরিবা য়েন্দেম পাম্বী খরদু মখোংদা নাপী অমতা হৌহন্দে নুপীগী য়ুম্বাল মান্দে হায়জবনি।

নিংথৌঃ অঙম্বা নংনা হায়রিবদুদি নুপী অদু থবক শুবদা মরিল লৈ হায়বনি। মীপাল তাংদনা হিংজনিংবগী মওংনি। অদু নত্তে ঐনা

হংইবদি ময়ুম অনৌবা শাদুনা শেল তিংনা মীনাই মীশল থমদুনা থবক শুহুম্নম্বরা হংবনিনে অঙম্বা।

অঙম্বাঃ অদুগুম্বদি নংতে মশামক য়াহৌ ঙম্লি বাইরম শিংপদা হুমাং তারম্মী ফনেক খোংদায় শেংলি। ননাইনা য়ুম্লোন্নবা মীশিংদা হংজবদসু মাবু থবক শুগনবীনি, অদুগা ধর্ম্ম কায়জদবীনি হায়না লৈকাইনসু য়াম্না থাগংনহৌই।

নিংথৌঃ অদুদি মাগীদুদি য়াম ফবগী বানি। মাগী অদুম হায়না মী পুম্নমক্না তৌরবদি ফত্তবা তিন কাঙ মহিক মতাঙ লৈররোই। লায়না তিলনা চেন্দবা লৈবাক ওইগদৌরিবনি। *মতাং অসিদা স্নাহনবীগা মোইরাংলৈমগা চংঙ কই স্নাহনবীনা নিংথৌদা খুরুম্মী। মহারাজ ননাই স্নাহনবী লাকচরে।*

নিংথৌনাঃ ও! ইবেম্মা নংলা স্নাহনবী হায়বদো। নংদি লৈবাক নিংথৌ অমগী দরবারদবু হুঞ্জিন হুঞ্জিন ফোংলবা ফুরিৎ অমা লিংলগা ফনেক খোংদায় অমা শেংলগা অঙাওবীগুম্না লাকইবদি নিংথৌ ঐবু অমদি লৈবাক মীয়াম্বু থওই উশিত্তবরা?

স্নাহনবীঃ লৈবাক্কী ইনিংথৌগী স্না য়াথঙবু ফিগাও শানা য়াজরি। তৌবতবু অসিমতংদি তাবিয়ু ননাই ঐদি ইপুরোইবা লৈজদ্রবী তোল্লবী লুখ্রাবীনি।

নিংথৌঃ আঃ হায়য়ু করিগী অদুক মোংলবা খোংদাই শেংলকইবনো?

স্নাহনবীঃ ননাইনা লায়রজবগী দণ্ডি ফংজবদা শিবা ইকাইজদে। ননাইগী লাঈ ওইখ্রবা ইপুরোইবদুগী খুদোল ইচা নিপা অমত্তং লৈজরিবসিবু চাউনবা য়োকচবদা ননাইগী অফবা ফি অমতা লৈজবা ঙমজদে ইপুক থন্না চাবা ফংজদে শেংচরিবা অসি নত্তনা অফবা ফি অমা ননাইগী লৈজদে।

নিংথৌঃ অদু ওইরবসু লৈকাই পাল্লিবনি করিগী অদুক মোংনা দরবার কারকপা হৌনবরা ?

ঙ্মাহনবীঃ ননাইনা লায়রজবনিনা বাইবসু পীবিরকওইদ্রা খঙ্গে বাইবসু হৈনজদে। সনা য়াথঙ কিবদগী শ্রীযুৎকী সনা য়াথঙ বু ইকোক্তা হাপচরগা সনা মাংদা য়ৌজরকপনি। ননাইনা শেংলিবসি অমাংবা ফি নংচদে ঈশিং তুম্লক্লবনি।

নিংথৌঃ য়ারে য়ারে। অদু নঙোন্দা নচা নুপানা লুপা খাউজাউ অমা পীশিল্লি হায়বদু ঐখোই লোইনমক তারে অউবা মীনসু তম্নরে। পীথোকখ্রশি মপুনা ঙাইদুনা লৈরে। য়াওরক্লবরা ঙাইরবনি পুথোরক্লো নিংথৌনা অকনবা য়াথঙ পীরক্লবদা।

ঙ্মাহনবীনাঃ মকোক্তা মখুৎ হাপকংখ্রে অদুগা হায়রকইশ্রীযুৎনা তাকপিরিবা সনা য়াথঙ অকনবদু ননাইনা ঙাকচনবগী উপাই লৈজদে। কদায়দগী লুপা খাউনো পুথোরকদবা ননাইদা অঙাংনা পীরকখিবা লৈজদে।

নিংথৌঃ অদুদি নচা নিপা অদুদি কদায়।

ঙ্মাহনবীঃ ননাইদো মফি মরোল জুগোৎ চাদবা অদুদা পুজরক্তবনি ননাইনা অঙাং অদু কৌজরুগে।

নিংথৌঃ অদুদি ঙসিগী দরবার লোইরসি ঙ্মাহনবী নং হয়েং নচানিপাদু পুরক্তবা য়াদে হায়রম্মগা নিংথৌ হৌগংখ্রে।

*মরক অসিদা অঙাং ময়াম্মা পু! পু! তোম্পোকী পঙজবা অদুগা লুপা খাউদু খুল্লগা মমাদা পীশিল্লি হায়রক্লবদি কমদৌনি। তোম্বা অহলনা হায়দৌরিবনি ঙ্মাহনবীগী লৌশিং য়েংউনে মখা লীথরকে। অদুদগী চাউবনা মাগী মরুপ মপাংদা হায় মানা — ঙ্মাহনবী ঐনা হায়বা ইম্নমবদি মা নিংথৌ মমাংদা চোপ্লোইদবনি। ঐনা মাবু লৌরবদি লুপাসু অদুম ফংঙগনি করিমতা কায়নররোই খন্দুনা থেম্বনি।*

*য়াদ্রবনিনা মাদি মচা য়োকপা ৱারগনিদো পৈশাদি ঐনা ফংঙগনি। নিংথৌগী চক্রিন্দা মচা অপঙবদুনা কৈদৌনি। অসুম্না চাউবা নুঙাইরি ইশুশাঃ*

নোংঙাল্লে মথঙগী নুমিত্তা দরবার চোন্ন তিল্লে।

নিংথৌঃ স্নাহনবী লাকঅবরা বিচার মখা চথরশি।

স্নাহনবীঃ শ্রীযুৎ ইবুঙো ননাই ঐ লাকচরে খুরুম্বা।

নিংথৌঃ আঃ নচা নিপা কৌশিল্লকউ।

স্নাহনবীঃ ইমাগী তোম্পোক শ্রীযুৎনা নংবু কৌরি। অশেংবদো খুম্মুকো ইচাদি ওইদবা ঙাংবা হৈতবনি।

তোম্পোকঃ মহারাজ ননাইবু করি তাকপিগদবা?

নিংথৌঃ হায় নিপামচা নংদি নমিং করি কৌই।

তোম্পোকঃ ননাই ঐ তোম্পোক কৌই।

নিংথৌঃ হায় তোম্পোক! য়েংঙো ইনমানা ইন্নশিনবা য়াগনুকো অশেংবা ৱা খুম্মু ঐনা নংবু কনবিগনি।

তোম্পোকঃ মহারাজ ঐখোই ইমানসু ওইদবা ৱা ঙাংগনু হায়।

নিংথৌঃ অদুদি নংনা লুপা খাউ অমা খুল্লি। হায়বসি চুম্মব্রা?

তোম্পোকঃ চুম্মী মহারাজ!

নিংথৌঃ অদুদি নংদি কনাদা পীথোকখ্রে।

তোম্পোকঃ ঐনা ইমাদা পীশিনখ্রে।

চাউবাঃ হরাওনা হায়রকই। মহারাজ ননাইনা হায়জবা চুম্মবনি।

নিংথৌঃ আঃ ফজরে, ফজরে, মা য়াম্না ফবা অঙাংনি মানা অচুম্বা

ঙাংবগীদমক ঐনা লুপা অমা পীথোকনি ফজৈ ইচাসিদি। সে সে লৌজররো ইপাবু কিগনু সে হায় চাউবা নংগী পৈশা ফংগদৌরে হে।

তোম্পোকঃ হরাও হরাও চংঙক্তুনা পৈশা লৌরি।

নিংথৌঃ *তোম্পোক্তা নুংশিদুনা মকোক্তা নানবিরী। নং চাবা থকপা রাস্তবা ওইজরো কো বর পীরে। চাউবা হরাওবনা লোইরে। স্নাহনবী!* নংনা ওইদবা ফন ঙাংলবসু কান্নররোই। নচাদি অচুম্বা ঙাংই পৈশাদু পুথোরক্লো পীথোকখ্রশি।

স্নাহনবীঃ শ্রীযুৎ ইবুঙো ননাইবু অঙাং ওলহনবিরো। ননাইগী পাউখুম লৈজদ্রে খুৎসু থাঙ অদুনা ননাইগী লুরেল ককপিরো শ্রীযুৎকী মমল য়ান্নবা সনা খুৎনা তোম্পোকী মকোক্তা নানবিরবনিনা ইচা তোম্পোকী মরাইবক্তী শোইদনা ফরগনি। ননাই শিরবসু য়ারে।

চাউবাঃ শ্রীযুৎ ইবুঙো মচা তোম্পোক্লা হায়রিবসে চুম্মবনি।

নিংথৌঃ হায় চাউবা ঐনা নঙোন্দা রা হংখিবা লৈতে। নং মরক্তা য়াওরকখিনু স্নাহনবীনা ফন শিংদুনসু কান্নররোই।

চাউবাঃ হরাওজে ঙাকপিগনি মহারাজ।

নিংথৌঃ স্নাহনবী ! নংমকী নচানা নঙোন্দা লুপা খাউদো পীশনখ্রে হায়রবনিনা পীথোকখ্রশি নংগী শরুক ঐনা পীবিগনি।

স্নাহনবীঃ ইমাগী তোম্পোক ! ইমানা নংবু ওইদবা হাংগনু হায়রগা নংদি অদুম্না ওইদবা ঙাংবা হৌনবরা ?

তোম্পোকঃ অস !! ইমা নংবু কাউরব্রো ? ঐনা লুপা পিক থন্না য়াওবা খাউ অমা পিশিনখিবদুদি নংবু কাউরব্রো নিংশিংউনে ইমা !

চাউবাঃ *শাউরম্বা মচা তোম্পোক্না হায়রিবসে চুম্মমগনি।* স্নাহনবী য়াম্না শিংবনি মহারাজ।

স্নাহনবীঃ ইমাগী তোম্পোক ! নংনবু করি নুমিত্তা লুপা খাও পীখিবা লৈবগে ? ইমাদি শ্রীযুৎকী দরবার অসিদা শিবনা ফরে।

নিংথৌঃ নুমিত্তুদি ইস্নাংসু অহাওবা চারমগনি। হায়য়ু হায়য়ু করি ইস্নাং চাখি।

তোম্পোকঃ অং মহারাজ য়াম্না হাওবা অমুক্তা চাদ্রিবা ইস্নাং অমা চাখি।

নিংথৌঃ করি ঙা চাখি ইচাদি অচুম্বা ঙাংবনি। নমাবু করিমতা কিগনু।

তোম্পোকঃ নুমিত্তু ঙাদি পীজদে। শামু মচেৎ অমা থোংঙগা পীজখি য়াম্না হাওখি। *ময়াম ৱা নোকখ্রে।*

স্নাহনবীনাঃ মাংঙে মাংঙে ইমাগী তোম্পোক ইমাদি পুম্মাং মাংথোকপিরেদনা হরে হরে ঐনবু কদাইদগী শামু লৈরুরগা নঙোন্দা পীজবা ঙমগদগে ? অদুগী মথক্তা সামু অশেম্ববু কদায়দা য়োল্লিবগে ? ইমাদি শিবনা ফরেদনা ?

নিংথৌঃ ফরে ফরে মদুগী ওইররোইদবা ৱাদু থম্মশি। নংনা লুপা খাউ অদু পীশিনবা নুমিৎ অদু করি নুমিৎনো ? নুমিৎ অদু করি করি তৌখি।

তোম্পোকঃ নুমিৎ অদু ঐনা নিংশিংবা অমা লৈরে ঐ হায়জরগে।

নিংথৌঃ হায়য়ু হায়য়ু ! মাদি অচুম্বা ঙাংবা মরম ওকপা অঙাংনি।

তোম্পোকঃ নুমিৎ অদু অঙকপনি মহারাজ কবোক্ন নোঙ চুখি মসি সুকসোই সোইদ্রবনি। ময়াম ৱা না নোকখ্রে।

নিংথৌঃ হায় অঙাওবা !! নংগী ৱাশিবু করি ৱানোনে। নমা লাইনিংজথ্রবী অসিনা কদায়দগী শামু হাৎলগা শামু থোংদুনা পীজগদোইনো ?

অদুগা কবোক্ক নোঙ চুখিবু হায়জিল্লকপনে। ঐ ফাউবা জ্ঞান মাংশিল্লকদৌরে।

তোম্পোকঃ অশেংবনি মহারাজ কবোক্তো ঐ চাহৌই ফোং ফোং শাবনি। য়ুম থক ফাউবা কবোক্লা পুমঙৌ ঙৌখিবনি। খোংবান লুক্রাং কবোক্লা পিক থনখিবনি।

নিংথৌঃ হায়মা নংদি অওইবা ওইনা হায়রেনা!

নিংথৌ মনাইঃ মহারাজ মাগীশি তাইবঙগী ব্বা মাল্লকত্রে। মখোইগী লৈহৌরিবা য়ুমদা কৈদা অদুসু পৈশা পায়বসু মান্দে।

নিংথৌঃ ঙাইখো অঙম্বা ঐ ব্বা খরগা হংখিগে। হায় তোম্পোক! নংনা লুপাগী খাউ খুনবদগী নংদি ইলাং অহাওবা ঙা থোংবা পিজরম্মনি।

তোম্পোকঃ অস! মহারাজ ইলাংগী ব্বাশিদি হায়দুনা কান্নদ্রে। ইমানা কৈথেলদগী য়োনবদা শিত্রবা য়েন্দেম অখুইবা, খামেন অখুইবা অদুতা পীজে।

নিংথৌঃ হায় স্নাহনবী! নংদি নচা নিপানা লুপা খাউজাও অমা পীরবা ফাউবদা ইলাং অহাওবা পীজদ্রিবা করিগীনো?

স্নাহনবীঃ শ্রীযুৎ ইবুঙো ইচা অমতং লৈজবসিবু অহাওবা পীজনিংদবা করম্বা মমা লৈরমগদগে? ননাইদি মাগী মবুক্ত থন্নবা হোৎনজবদা অরৈ অরৈবা অদুম পীজরবনি। মদুগীসু দণ্ডি ফংগদৌরিবরা?

চাউবাঃ খ্বর শাংনা হোল্লগা মহারাজ স্নাহনবী য়াম্না লুবনি মানা শান্নবা কুম্লে ঙাক্তনি। লুপা খাউদু মঙোন্দা শোইদনা লৈরমগনি থাজবিয়ু।

স্নাহনবীঃ মহারাজ! তাদ চাউবসে অচম্বা নিপা নত্তে। লৈকাই খুদিংগী মাগী নুপী লৈরিবনি। মচাসু ২০ মুক লৈরমগনি। য়াম্না খুৎ কনবনি।

নিংথৌঃ হায় স্নাহনবী মদুগুম্বা বাদু কান্নদে। নংঙোন্দা হৌরকত্রবদি তুমিন লৈয়ু মানা নুপী য়াম্না থিজরবসু নঙোন্দদি হৌরক্তেদনা।

স্নাহনবীঃ মহারাজ ঐবু লৌবিগে ইচাশি শেম্বীগে হায়রকইবনি। মদুদা ঐনা য়াদবদগী খর বারৌখিবনি। নহালমক মানা ঐগী ইজ্জৎ মাংহনবিগে হোৎনবদা ঐনা চৈতুপ্না মকোক্তা থোম্বদগী মকোক কায়খিবনি। হৌজিকসু চৈফম লৈরমখিনি। অদুগা মানা অঙাংদৌনা মহারাজদা তাকউনি হায়রম্বনি।

নিংথৌঃ হায়! চাউবা নংদি স্নাহনবীগী মচা করিগী শেম্বীগে হায়রুরি। স্নাহনবীনা মশক মতৌ খর ফজবসিদা মতেং পাংনিংঙুরিব্রা নংদি লৈকাই খুদিংগীসু নুপী লৈ হায়রি নচাসু ২০ মুক লৈ হায়রি। মানা হায়রিবসে চুমদ্রবদি পাউখুম পীখ্রোদনা। *চাউবা মমায় লুকথরগা তুমিন্না খাংখ্রে।* নিংথৌনা কৈদৌরে চাউবা নমায় লুকথরিবদু পাউখুম থিরিব্রা — *ময়াম বা নোকখ্রে।*

স্নাহনবীঃ হায়রকই মদুগী নুমিৎ অদু ঐনা মাবু হাৎলগে খল্লবদি হাৎপা য়ারবনি। ঐনা ঐগী য়ুম অদু মীহাৎশঙ ওইহন্নিংদদনা মথাই কনবিখিবনি।

নিংথৌঃ ফরে ফরে চাউবা। নংদি স্নাহনবীগী চৈসু চারুরান্নে। নকোকসু কায়রেইয়ে। বিচারসু মীনা ঙমথোকখ্রে। বাহৌরনু নংগীদি লৌসু পরী ৩০ মুক লৈরী হায়বদাইনে। অদুবু নংগী হায়নিংঙাই করি লৈরী হায়বা য়াই অদুগা খৎনবসি মখা অমুক তারক্লবদি নংগী অরানবা ওইগনি। নংগী বাখন্দা স্নাহনবীসি লৌবা ফংলবদি পৈশা মাংজরবসু য়ারমগদবনি। অদুবু মদুসু ফংদ্রে।

চাউবাঃ মথন্তা শোল্লি মসিগী নুপীসি ওহোক্লা খদ্রক হৈখ্রেদা।

স্নাহনবীঃ মহারাজ ইবুঙোগী বিচার অসিনা তারিবা বারোইসিন অসি ননাইনা মাগী লুপা খাউ অদু লোৎশিনবগুম তৌরে। ননাইনা কয়া

পেঞ্জদে। ননাইদি ইখুৎনা থবক কন্না শুজরগা ইচা য়োকচবনি। য়োৎ পাক পাইবগী খুবাক কুরোল শ্বরিবসিনি। হায়রগা মখুবাক উথ্লি।

নিংথৌঃ ঙসিগী বিচার অসিদি হায়ফম খংদ্রে। মচা তোম্পোক্নদি লুপা খাউ খুল্লগা মমাদা পীশিল্লি হায়রি। অদুদা লুরিবদি নুমিৎ অদু কবোক্লা নোঙ চুখি করি নুমিৎনো খঙদে হায়রি। অদুগা মমা স্নাহনবীনদি মঙোন্দা করিমতা পীরক্তে হায়রী পীরমগদবসু মান্দ্রে। মাগী ফিভম অসি য়াম্না লায়রবগী ফিজেৎ চাকচা ওইরি অদুনদি হায়! চাউবা নংগী হ্নদক্কী পৈশা খুমাং অসি ঐসু বিচার তৌফম খঙদ্রে। অদুনা হ্নদকমুক কবোক্কী নোঙ হেক চুরকপদা নংগী লুপা খাউদো শোইদনা পীহন্নগে স্নাহনবীনা পীদ্রবসু নিংথৌ ঐনা হেক্তা পীরগে। অদুগা স্নাহনবী নংসু ৰারৌরগনু বিচারনিনা নঙোন্দা অকন অকনবা ৰাঙাং খর শিজিন্নগ্রে। মদুগীদমক নং খোইখা লিনখা থারনু অদুগা নংগী সতী ধর্ম্ম কায়জদবা অদুগা ইংখোল শংবন চেকশিন্না, নান্না, থমজবা অমদি ফোৎলবা অমনবা ফি ফাউবা ঈশিং মনম নম্না মোথচদনা শিজিন্নবা হৈবগীদমক ঐনা নংবু থাগৎলি।

স্নাহনবীঃ মহারাজ ননাইদি লায়রবীনি ঙাকপিগনি ইনিংথৌ।

নিংথৌঃ অদুনা নংনা ঙসি নোংমা কৈথেল কাবা ফংজদকগী ঙসিগী অৰামল ঐনা লুপা ১০ অমগা পীবিরগে মসি নং লৌদবা য়ারোই।

স্নাহনবীঃ য়াজরে মহারাজ ননাই লৌজররোইদা ভসাইসুশ্রীযুৎনা চানবিদুনা অঙাংদা লুপা অমসু পীবিরে। মদুনা ফৌ শংবাই মরিদি ৰানবা ফংলগনি। মহারাজনা লুখ্রাবীশিংবু ইজ্জৎ কনবিবগী অমসুং নুপী সমাজবু কনবিবগীদমক্তা মহারাজবু তাইবঙ মপুনা মতম পুম্নমক্তা ৰাত্ত পাদবা পীনবিবা মহামঙ্গল পীনবিবা ওইরসনু হায়না ননাই লুখ্রাবীনা মপুগী খুয়াদা নিজরী।

নিংথৌঃ হরাওনা হায়রকই স্নাহনবীনা পীবা আশির্ব্বাদসু ঐনা ফংজগে। মরমদি প্রজা হায়বসিদি লাঙ্গী মশক্কী অদুগা ঐনা পীরিবা লুপা তরাসিসু লৌররো অদুগা নংসু মপুগী সেবা ঙম্বা ওইজরো।

স্নাহনবীঃ চঙঙক্তুনা নিংথৌদগী লুপা ১০ লৌরে অদুগা নিংথৌদা খুরুম্মী। ময়াম্মা লাউরকই ঙসিগী বিচার ফজে জয় ওইরে। ইনিংথৌনা জয় ওইরে।

তোম্বা হনুবনা অদুনা ইশুশা লৌশিং লৈবা অদুগা শাউগন্দবনা পাখত্তবদগী লুপাগী খাউসু ফংগ্রে অচুম্বসু তাখ্রে। অঙাংশিংনা অদুগা পু পু মীবু মাংনবা খল্লুবা নুপীদা চোপ্লুবা চাউবনা মরলসু মাংজরে, মকোকপু কায়রে, অদুগা মীয়াম মমাংদা চোপ্পসু নংজরে। তোম্বনা অদুনি ইশুশা চাউবা হায়বদুনা মীগী লৌ বন্ধান লৌরগা হন্দোকহন্নীংদবদগী লাঈনা য়াদদনা লৌসু মাংজরে লুপাসু মাংজরে।



# ইশানা ইশাবু ঙাকচশি

*অঙাশিং পু পু তোম্বা নহানগী ৱারীদো য়াম্না ফজে ঙসি অমগা লীবিয়ু তোম্বা হন্নুবনা ঙসি অমগা লিবিগে নশানা নশাবু ঙাকচবা ঙম্নবা ৱারীনি। লেমরেনবী কৌবী ওফিয়ার অমগী নুপী অমা লৈরম্মী। মশা য়াম্না নাঙ্গে। ৱারী অসিদ্রামা ওইনা য়েংবনি। মসিমদি ইশুশা ড্রামা ওইনা তারো।*

## অহানবা শিন

## অচৌবনা মী শেম্ব

(লৈমরেনবী মশা নান্না ঈশিং পেরে অমা পাইরগা লৈকোন্দ হৌরিব লৈ পাম্বীশিংদা ঈশিং চায়রি।)

নোংয়াইঃ (হরাও হরাও চংলকই লৈমরেনবীদা য়েংলগা হায়রকই) এঃ এঃ ঐখোই মেমসাহেব করিনো তৌবিরিবদুবো। ইশান হেক্তা হোৎনবিরেনে।

লৈমরেনবীঃ এঃ এঃ ইবুঙো! নোংয়াই! ইনাওবু কদোমদ লেংগদৌরিবনো? য়াম্না হরাওবগী মমি তাইদা ইনাওগী মাইথোংসে য়োংচাক চরোংদুনা চুমলিবা।

নোংয়াইঃ অহোই মে সাহেব ! ননাওবু নুংঙাইবগী মাইথোং মানবরনে। য়োংচাক্তা নথচদে ঙাসু য়াওজরি। ঐখোইতামোগা মেম সাহেবকদা কৎলুরগে লাক্রিবা।

লৈমরেনবীঃ অতৈদি লায়রি ইনাওগী য়োংচাক্কুগী মমিৎ ময়ামদুনা খৎচিল্লকপদুদদি তিন য়োৎলিহে। ঙা ক-কাদুদি অয়োকঙা ওইরমগনিদা থোইনা কল্লক্কেদা হৈমা ! লেপ্তুনা লৈরদরো।

নোংয়াইঃ (চঙলক্কুনা ফমথৈ) হন্দক্কতী তামো অচৌবনা তৌবিবসিদি ননাওদি ওহোক্লা নুংঙাইজগ্রে। সে ! সিখক্তুং পাইশিনবিয়ু (চাম্ম চৎপীগী বন্দল অমা পিবা)

লৈমরেনবীঃ এঃ এঃ ইবুঙো মদু অমুক্তা থমজিনবিখো ! মদুগীদমক্তা মী য়াম্না শিনরিবনি। শিবসু কিনদ্রি ! নক্তে ! নখোই তামোনা পুরকউ হায়বরো ?

নোংয়াইঃ অস ! তামো উদ্রিঙৈদা পায়শিনবিয়ু হায়রগা ঐখোই মেম সাহেবসিমা তঞ্জগ্রে।

লৈমরেনবীঃ এঃ নখোই তামো তাহন্দনা ঐনা কনাদা পিরুদৌরিবা। ঙাসু পুজখো ! পৈশাসু পুজখো মিত্তোংবী ফজবীদুদি নখোই তামোনা পামজবনি।

নোংয়াইঃ মেম সাহেব ! অয়োক ঙা ওইরবোই নিংবিবরো ? মৈতৈ খাবক অশেংবনে। হন্দক্কী তামোনা ঐখোইগী পুমশি শিরুরবা সোসাইতিসি ফজনা হিঙ্গৎহনবিবসিদি ঐখোই পুন্নমক্লা পেঞ্জবনি।

লৈমরেনবীঃ হোই ! নখোইগী লেবর সোসাইতিদু হিঙ্গৎলে তাবদা ইতৈমসু য়াম নুংঙাইজে। এ ! নখোই তামোসু থোকপু থোরকএ।

অচৌবাঃ হায় ! নোংয়াই ! নংনা পৈশা খর পুরকঅগা নতৈমদা তুমিন্না

পিগদৌকগী তৌরিবদো করিগীনো? অদুম হায়না তৌগনু। অদুম হায়না তৌরদি নংশিদ চংলকপা য়াররোই।

নোংয়াইঃ (মখুৎ জুর) তামো ননাও লাঞ্জরে, ননাওনা পেনমনবদগী তামোদ খজিক্তুং কৎচগে তৌজবনি। হন্দক্তী ঐখোইগী লেবর সোসাইতিসিনা লৈরক খুল্লক ফংলমদবা পুন্নমক শেমগৎলকপদা লৈকাই অয়াম্বনা শকখঙ বিরে নুংশু নুংশিবিরে।

অচৌবাঃ হোইনে থবক ফংদ্রিবা নহারোল কয়াগী পুন্সি হিংহল্লে।

নোংয়াইঃ হিংহনবাইবু হাকুমদগী ঐখোই ময়াম্না লুপা লাক্ষ কয়া কয়াগী থবক তৌখ্রে। ইপুক পুব ঙমজরে, মীগী মরল তোন্দ্রে। অসুক নুংঙাইবা লৈত্রে। অদুদা ঐখোই ময়াম পুসিন্নরগা তামোগী খর তমজরকপনি। মতুং তৌজররোই ঙসিগীসিদি লৌশিনবিয়ু।

অচৌবাঃ নোংয়াই ! মদু ঐগী লমচৎ মোৎনবগী অহানবা লেসন্নী। নতৈমসু ফরকওই পৈশা পুরক্তবা মীদা কৌনিংঙরোই। ইচা পিশক অসি ফাওবা মাংলক্কনি। নতৈমনা পামজবা য়োংচাক অদু থনম্মো ঙা অদুসু পুখ্রো ঙাদু পাক্তগী মথন্ত হেক্তা চোংখৎলকপা হৌনদে।

লৈমরেনবীঃ অস ! মহোই তামোসু খজিক্তুং খম্বিয়ু ইনাওসি ইকাইরনি। ঙা অসিদি থমজরম্মসনু ঐখোইবু পিজনিংদুনা পুজরকপনি।

অচৌবাঃ হো ! ফরে ফরে নতৈমনা নংবু নুংশিবা খর হল্লেমাল্লে। হয়েংমখে অদুম হায়না পুরক্কনু। ঐনা জিলা পরিষদশিংগা তান্নরগা নংঙোন্দা পুন্নমক খঙহনগনি।

নোংয়াইঃ ফগনি তামো ! পরিষদশিংনসু পাও অদুম তাকপিরকই।

অচৌবাঃ তাকপিরকপরা ? মখোইসু মবুকচেন্দী শেংবনিদা।

নোংয়াইঃ তামোগুম্না শাখিব ওফিসারসু লৈতে। অদুনা মখোইনসু অপঙবা

প্রজা ঐখোইদা সেন্তরনা পিরকপা চাউখৎ থৌরাঙগী প্লান পুন্নমক লোইনা ফংহনবি।

অচৌবাঃ অদুনা ইবুংঙো নখোই লেজর ফজনা শু, হিসাব মোৎকনু গোমেন্টকী সর্ভিস ফংদ্রবসু নখোইগী হিংনবা লম্বী ইয়াম্বনা পি নবা তৌগনি। অদুগনে নখোইগী মরি মতা নচিন ননাও ঙাক্তগী মিং পঙপান্দ পানশিল্লগা তৌগনু। শিখ্রব মীগী মমিং খর পানশিল্লগা খুৎ, য়েৎ, ওই অনিনা সিগ্নেচর পঙতৌদ তৌশিনবদো অশিংব ওদিতনা নখোইগী হিসাবতু হেক য়েংবদা নখোইনা অরোনবা ৱা ঙাংনবা ফাওব তাব ঙম্বনি।

নোংয়াইঃ অস ! তামো ঐখোইদি অদুগুম্বকাদি তৌজদে।

অচৌবাঃ অদু ঐসু নখোইগী অশেংব থম্মোইদু খঙঙী নখুৎয়েৎনা লৌরগা ওইদা অদুম পিশিন্নব হোৎনবদো ঐ উব ফংই।

নোংয়াইঃ অস ! তামো ইকাইজরেদা ননাও খোইদি অদুগুম্বদুদি য়াওজদবনি।

অচৌবাঃ ঐ লোইনা খঙঙী ! অদুনবু থবক ফংজদবা ময়াম হিংনবগীদমক ইয়াম্বনা হোৎনরিবনি মদুগীদমকসু ঐনা তলব ফংলিবনি।

নোংয়াইঃ অদুনা তামোগী মীনুংশি চাউব থম্মোই অদুদা পেঞ্জদুনা ননাওশিংনা খজিক্তং পিজনিংদুনা পুজরকপনি।

অচৌবাঃ অদুগা ইবুঙো ওদিস্তাকা পৈশ পৈজগে তৌরম্নু। মখোইনা নখোইবু অচুম্ব তৌদ্রবোইনিংখিনি। অদুগা অচুম্বা থিবসু ৱারনি।

নোংয়াইঃ ও ! মখোইনা ঐখোইবু অচুম্ব চৎত্রবোই খনখিনি অসিরা ?

অচৌবাঃ অদুনি নোংয়াই ! অদুনা নং ইয়াম্ববু ৱারৌগনু। সাইত ইনকম ফংব মীনা ফংলক্তব মতমদা মীগী ময়ুম চঙদুনা শগুন তৌবা চৎনিংলক্কনি। ইয়াম্ববু হুরানব তম্বীগনু।

## অনিশুবা শিন

# অচৌবা ত্রান্সফর ওরদর লাকপা

অচৌবাঃ য়েংঙোই লৈমরেনবী ! প্রমোসনদি ফংলে অদুগা নংনা পাম্মোইদ্দব অমসু য়াওরে।

লৈমরেনবীঃ ও ! প্রমোসন কাবদুদি তাইবঙ মপুগী থৌজান্নি। অদুগা ঐনা পাম্মোইদবনা করি ওইরবনো ?

অচৌবাঃ ত্রান্সফর ওদরসু লোইনরিব অদুবু নং পাম্বরো ?

লৈমরেনবীঃ ত্রান্সফর অদুমদি শেল খর তিংথোক্লগা থোক ককথৎলগা লোইরে।

অচৌবাঃ অদুদা ঐনা মফমসিদা লৈরকইবসি চহি ১০ দি শুখ্রে। থবক হেক চংবদগী মচি লেংদ্রি। অমুক্তংদি চীংদ লৈরন্দবা য়াদ্রবা ! অরাবগা নুংঙাইবগসি অয়ুক নুংমিদাংগুম অদুম লোইনৈ।

লৈমরেনবীঃ মহোই পাবুংনা চত্তব য়াদে হাযরগনা ঐসু য়াওনা খর পুবিয়ু।

অচৌবাঃ চত্তবদি য়াররোই অদুগা নং য়াওবসু য়াদৌ মান্দে।

লৈমরেনবীঃ করিনো ? তাকপিরিবদুবো মপুরোইবনা চৎপদা মনাইনুপীনা ইন্নজবদি হৌনশানিনা কৈনো ? ঐদি চৎকনি।

অচৌবাঃ অদুদা মফম অদু য়াম শায়এ নং য়াওরবদি ইবুংঙোহলসু য়াওদব য়াররোই অঙাং নারকঅদি কমদৌনি। অদুগী মথক্তা মপু মবেন্না ব্রারৌথিনি।

লৈমরেনবীঃ করি লমদনো ? অদুক য়াম্না পুবিনিংদ্রিবদুবো . . . ঐবু

অচৌবাঃ পুনিংদবৈবা নত্তেহে ! নত্তে ! নংবু ঐখোইগী ইমাগা পাবুংগগী মমাংদবু মশু পুরগা থোরকপা ঙমগদরো ? ঙাহাক্তং উদবদা ঙাওদনা চেন্নরিবদুদা নচানি হায়দুনা করম্না পুরগা থোরক্কনি ?

লৈমরেনবীঃ করি লমদনো হায়বদি সুক্তাক হেক তাকপিদে।

অচৌবাঃ মফমবুদি অনকপদনিদা জিরি সিদনি।

লৈমরেনবীঃ অসঃ নুপী য়াম্না ঙাওব মফম্নিনে। মফম অদুদবু ঐ য়াওদনা থাদোকপা ঙমজরোইনুপী অমমুক থিব চৎহনব ওইনা থোক্কনি।

অচৌবাঃ (নোকপা) হেরো ! নং অসিমা ঐবু অদুক মথোঙ হুক্তব মীরানে। হয়েং শামন্দনা খাংব ঙম্মোই হায়বনি।

লৈমরেনবীঃ ইস ! মহোই পাবুংনা শানা খাংঙগা ঐখোইনা সোমদা নুংঙাইনা অহাওব চারগা লৈদৌরিবা মপুরোইবনা লৈব মফমদি সারবসু ইংলবসু লাঈরৈবাক্লি। শায়ককা সুকহায় হেক হায়জরোই পুদ পুবিয়ু।

অচৌবাঃ হোই ! ঐ অমুক্ত হান্ন চৎল্গা য়েংঙুখিগে। নংগা কায়নববু ঐসু নুংঙাইবোই নিংবরো ?

## অহুমশুবা শিন

# অচৌব য়ু থকপা হৌখিবা

*( অচৌবা নুমিদাংৱাইমগী ৱাকিং চৎলি । )*

য়ুমজাওঃ অচৌবা সাহেব ! পুম্নিসি খর য়েথোকপা য়ানব অদোমবু ৱাকিং চৎলগা য়েংবিরিবরো ?

অচৌবাঃ হোই য়ুমজাও বাবু শিদ্রিগী মনুংশিদি খজিক্তুং হকচাং শেঙনদি লৈজনিংই । য়ুমদা সুম লৈবসিসু ইহাং হাংবগুম তৌবদুদা সুম থোকচরকইবা ।

য়ুমজাওঃ অদুনিনে সাহেব নুপী অঙাংনা চাক চারশি ককা হায়দনা কৌরকপদো তাদব কুইরে (নোকপা) অদু ঙসিদি ঙহাক্তুং তারুশিরো ?

অচৌবাঃ (নোকপা) হোই ! ঙহাক্তুং লৈনম নম্ফম লৈগদরো ? নুপী হায়বসিসু নিপাগী পোথাফমনি । মখোইগীসু পোথাফম্নী ঐখোইসে ।

য়ুমজাওঃ অশেংবনি ! মখোইসু নিপাগী পাখোল চৎচরগা পেঞ্জরিবনি । চা গিলাস অমমমদং থকউশি । মখুৎ ফজবদুনা পিবদো । . . . ঐখোই সাহেবনা খর ফজবনে হোরেল বেরা কা-ননীকো ।

অচৌবাঃ পঙকুই কুইরোইশি ঙাহাক্তুং পোথারুশি হুমাং হন্দোকপ ওইনা । (থাজমানবীগী হোতেলদা )

য়ুমজাওঃ ও ! ইবেম্মা থাজমানবী লৈবরো ? ঐখোই সাহেবসু লেংঙ কইয়ে ।

থাজমানবীঃ লেঙ শিনবিয়ু চা পুথোকচরকউ হায়বরা ?

য়ুমজাওঃ চাদি অসরাইদা থক্লকএ চা থকপনদি নিংশিবা হেনগৎলকপগুম তৌরে। কাউথোকপা ঙন্নবা করি করি মহি লৈবগে ?

অচৌবাঃ (নোকফেৎ তৌরগা) য়ুমজাওবাবুগী লোন্দাসি ফজে। চা নত্তবা করি মহি থকশিগে ?

থাজমানবীঃ সাহেব ! Officer Choice নি (লিক্লি অমগা মখোঙ ৱাংবী গিলাস অনি অমগা ঈশিং লিক্লি অমগা থন্মী)

য়ুমজাওঃ সাহেব য়ুম থাদোক্লবদি অসিগুম্বসি খর খর য়াওদ্রবদি খাংবা ৱাবনি।

অচৌবাঃ য়ুমজাওবাবু মসি থকঅগবু ইচা নুংশিবদু কাউথোকপা ঙমগদ্রো ?

য়ুমজাওঃ সাহেব ! ইচাদ নত্তে ! ইচাগী মমা মেম সাহেব ফাওব কাউগাদৌরিবনি। (লিক্লি মঙক লৈথথলি গিলাসতা হৈরগা পিরকই)

অচৌবাঃ ফরে অদু মঙাইরে (গিলাস পাইরগা থাঙ্গৎলকপদা গিলাস মনুংদা লৈমরেনবীনা মচা ইবোহল পমদুনা লৈরম্মে) থকপা ঙমদ্রে। মুন্ন য়েংদুনা লৈরে। ইস ! লৈমরেনবী !!

য়ুমজাওঃ কৈদৌরে সাহেব ! থোক হেক য়োৎশিনবিরো। অৱা-অনা কোক্লদবনি। য়ুম অমুক নিংশিংলবরো ?

থাজমানবীঃ ঐখোইনা পাইব পোৎ হঙ্গোইবিরবরা কৈনো ? সাহেবসিসু !!

য়ুমজাওঃ সাহেব পাইশিনবিরো ইবেম্মসি ইকাইখ্রনি খজিক্তংবু থনাওন্দা চংখ্রবদি নুংঙাইবগী নুংঙাইবা ঙক্তা লাকঅগদবনি।

থাজমানবীঃ কৈনো ঐখোইসাহেবসিবু তামো য়ুমজাওনা লাইহ্মিঙ লৌবিরিবরো ? য়াম্না চমজবা মাল্লি।

অচৌবাঃ তপ্ন ভাংই লৈমরেনবী নং ৱারৌরনু পুক্কুন্দা চংথ্রোকো হায়রগা থকচিনখ্রে । উম য়াইফরে য়াইফরে। শ্বর শাংনা হোহ্নবা ।

য়ুমজাওঃ ইবেম্মা ঐখোই সাহেবসে য়াম্মা ফবনি ঐখোই খুঙ্গং অসি চাউখৎলগদবনি লম্বী থোঙ ফরনি ঈশিং অফবা থকপা ফংলনি। লৈত লায়র লোইনা কোকঅগনি ।

থাজমানবীঃ ঐখোইদি ঐখোইনা তৌজরিবা থবক অসিনা মোৎলবনিনা সাহেবকী মনাক নকসনবগী ইতিক লৈজদে ।

য়ুমজাওঃ হেরো ইবেম্ম ! অদুক হন্থনা খনব হৌনদে মীগী লাইবকপু কনানা খংব ভমগনি মতম অমদা ইচলসু S.P সাহেবকী মেমসাহেব ওইরম্মীবনি ।

*মতম খরগী মতুংদা*

অচৌবাঃ হায় ! থাজমানবী ! নংবু কমদৌরিবগে ! নংগী থাজমানবী মায়থোঙসে হেক উদবদা ঐগী থম্মোইসে থাশি অদুম ওইরে ।

থাজমানবীঃ এ ! তামো নহালমখৈ কদায়দা লেংউরে। ঐখোই তামোনা লেংঙক্তবসিদি ঐসে থাশি ওইরে। পুমমম মম্মী কনাসু উদে। অৱাইবনিনা হংজবসু ভমজদবা, ঐগী অশেংব ওইজরবদি হংজবসু ঙমগনিদো।

অচৌবাঃ অৱাইব নংগীদা হন্না লাকইবনি। ৱাইদব য়ুমদদি চংবু চংদ্রি। ওফিসকী ডিয়ুটি নিনা গাড়ী কাখৎলকান্দা মোম্বৈচংকনি খঙলকই।

থাজমানবীঃ হৈমা তামোবু মোম্বে য়ৌরুরবরো। অস ঐসু য়াওজরম্মবদি কয়াদা নুংঙাইগাদবা। অদুদা ঐগুম্বীনদি কদায়দগী করি থোক্লদুনা চৎমিন্নব ফংঙুগনি। অদু য়ুমগী ইনম্ম হায়গদরা ইচে হায়গদরা ?

অচৌবাঃ নচে হায়রসু য়াইনে ! গাড়ী কাখৎলকান্দা খঙঙকইহায়রিসিনিনে ।

থাজমানবীঃ ওহো ! ওফিসারশিংশিসু নিং থুংদবা খরদি লৈবোরে।

অচৌবাঃ অসিগুম্বা ঙাক্তনি, খর সেক্রেত ওইব ব্না ওইরবদি মীনা তাবা ফংদনবা গাড়ী কাখৎত্রিঙৈদা হায়দোকপিপোত্তে! অদু নমিৎ উইশিল্লুনে কৈনোমা পুথোরক্কেনে।

থাজমানবীঃ মিৎ উথশিন্দ্রবদি য়াদ্রবরো উইশিল্লগেনে। (মিৎউইশিনবা)

অচৌবাঃ নেকলেসকী পেকেৎ অমা মখুত্তা পি হৌজিক য়েংবা য়ারে (মখুম হাংদোকপা)

থাজমানবীঃ আ ! তামো . . . সিদি ওহোক্লা ফজখ্রদা !

অচৌবাঃ অওইবরো ! ফজবরনে ?

থাজমানবীঃ অসিদবু ফজৈ হায়দ্রবদি ঐদি ঙাওরেদনা !

অচৌবাঃ নংনবু ফজরবদি ঐগীদি লোইরে অদুদি শিজিন্নকও কয়াম ফজবগে ঐসু অমুক্তা য়েংজগে।

থাজমানবীঃ অস, কনাসু লৈব নত্তে। নেকলেস কাসি শিব হৈজদ্রে তামোনা হেক শিবিরকও কোচিশি অমুক্তা কোৎশিনবিরকউ (তুং ওনশিল্লকপা মরক্তা নিপা অমনা হিদাক লৈবরো ?)

থাজমানবী ও ! কনানো ! ঙসিগীদি করিমতা লৈজদ্রে।

অচৌবাঃ নংনা শিবনরা কৈনো নেকলেসসি ফজরেকো। অদু হিদাকপু অশেংবা লৈত্রবরো ?

থাজমানবীঃ অস ! তামোসিমা ! তামোগীবু লৈতব য়াবরো ? নেকলেসশি শিরগা ফজনা পীগদোইনি ঐনা হৈরগা পিথক্কদোইনি।

অচৌবাঃ অওইবরো ? নংগী ফজখ্রবা খুৎ অদুনা হৈরগা পিথক্রবদি থকপগী পেনবা নাইররোই হে !

থাজমানবীঃ (হৈরগা পীবা) সে তামো হেন্ন হাওবরা য়েংবিয়ু।

অচৌবাঃ (লৌরগা থকপা) অস হাওখ্রেদা ! অসুক হাওবদি অমুক্তা থেংনখিদ্রি অদু চাক চরা অমত্তংগা পিজরবদি হেক পেনগদবা।

থাজমানবীঃ ঐখোই তামোনবু হাবিনি হায়রবদি ঙা লৈরুরগে অদুদা ঙসিদি খুৎলামখানবু কৌদ্রিনে। লুপাগী মহুত্তা সনানা হান্না থুংলখ্রে।

অচৌবাঃ সে ! সে ! মনিবেগসিদগী নংনা ওক্কদবা হেক লৌরো অদুগা তগৎ তগৎ তেকপা লিপস্তীক্কা তৈদ্রিব য়েংঙকউকো।

থাজমানবীঃ খঙজরে ঙা লৈশাবী মেকপ য়াওদ্রবসু অদুম ফজরবী ফ্রং ফ্রং চোংলিবী থিজরক্কে হোরেল তামোনা মখৌরী মেল্লগা মুলা হেক তৌবিয়ু।

অচৌবাঃ থম্মোই য়াম্না কল্লিবজাৎনি মুলা তৌগে অদুগা পৈশাদু ওক্লবা নখুৎনা ফংন লৌরো।

থাজমানবীঃ অসঃ লোন্দাসিদি য়াম্না শমজিল্লকইকো। ইখুৎনা ফংনা হেক লৌবা তারবা। থবাইসে খংনুংহেক নুংঙাইরকইকো সুমহায়না নিপাগী মনিবেগগী পৈশা লৌবা ফঙঙক্তবসি কুইরকএদা।

## মঙাশুবা শিন

# থাজমানবীগা অচৌবাগা লৌনখিবা

*(নোংঙাল্লে অচৌবগা থাজমানবীগা সোফাদা য়েৎকা ওইগা ফম্মীন্নরী।)*

থাজমানবীঃ তামোসে মথৱাই ইনুং নুংঙাইতবগুম তৌইদা য়ুম নিংশিংলকপরা কৈনো ?

অচৌবাঃ অসঃ থাজমানবী ! নংসিদি ঐনদি য়ুম কাউখিনবা হোৎনরি অদুগা নংনা থওইনা নিংশিংলকইবরা ?

থাজমানবীঃ হায়জররোই। অদু ওইরদি ঙরাংগী ঙা থোংবদু ঙারেল হৌরমগনি চরা ৱানবিরগেরা ?

অচৌবাঃ হোইদহে। চারশিরো ঙারেলদুগা মপা চা-নবা হিদাকসু খর হৈরকও।

থাজমানবীঃ (হৈরগা পিশিল্লি) অয়ুকনিকো তামো য়াম্না পায়বিখিনু।

অচৌবাঃ অস ! ঙসিদি ঐঙোন্দ ৱারকপা হৌরকএনা। (থকচিনবা)

থাজমানবীঃ ঐগী হায়বদু ওইজরবনিনা হায়দবা য়াদ্রিবা (নোকপা) অওইনি নহালমখৈদি তামোগী হকচাংগী মরমদা সুকখন খল্লমদে। অঙকপনিকো।

অচৌবাঃ ও ! অদুনদি ঐসু নঙোন্দ ঐনা শেৎহন্নিংবা শেৎহন্নিংদব ফিজেৎ হায়রকপা য়াবগী মতাং য়ারবরা ?

থাজমানবীঃ বারকপ্পিনবা, ফুবিনবা অদুনি ঐখোইনা থিজরিবসে। ঐনা শেৎপদা পকচদবা য়াওরম্বতারে তাকপিরকউ, হয়াওজগে। তামোগী য়াথঙদো !

অচৌবাঃ নংনা শেৎপদা য়াম্না পকচবা ফিজেৎ অমা লৈরিয়ে। নংগী ব্রাউন্জ রোয়েল ব্লু মতেঙ্কু লিংলবদি ইনাক্কগী সুকচং চংথোকহন্নিংদে। ওহ্নোক্লা পকচখ্রে। ঙৌরোক ঙৌবা পাম্বোমদুনগা ফজবনে।

থাজমানবীঃ ইসঃ থবাইসে থাগৎলে খঙন খঙন হেক নুংঙাইজে। অদু হৌজিক লিৎলিবা লৈমচুসিদি পকত্রবরো ? তামোনা পিবা সনাশিংগা শিরবনি।

অচৌবাঃ নংনা হেক শেৎলিবমখৈ পঙফন্দা ফজৈ সনা শিবদবু করিগী ফজদনি নমিংনগা ফজবনে।

## তরুকশুবা শিন

# থাজমানবী নারকপা

থাজমানবীঃ (ফম্মুংদা হিপলি হে ! হে ! নাহেরী) ইস ঐবু নাগদৌরিবরনে। (নমদুনা হৌগৎকে তৌবা ফম্মুংদগী ওন্থবা)

অচৌবাঃ (ফুক হৌগৎপা) হে ! কৈদৌরে। নংবু নশাদু ঙমদ্রগা মথন্তা করিগী হৌগৎলিবনো ? ঐঙোন্দ হায়রকপা য়াদ্রো ?

থাজমানবীঃ মথন্ত হিক হিক কপচবা।

অচৌবাঃ থাজমানবী ! নংবু কৈদৌরবগে খুম্বা ঙমদ্রবরো ? নংবু ঙরাংদগী নশাদু খংশোক শোকচিনবগুম তৌই। ঐ ডাক্তর কৌরুখিগে।

থাজমানবীঃ (য়াম্না ৱানা) তামো ঐ য়াম্না ৱারে ঐবু তোইলেৎ ফাওবদং পুশিনবিরম্মু ঐ হৌগৎপা ঙমদরে। ঐ য়াম্না ইকাইজবনি ঐনা তামোগী সেবা তৌফম থোকপদা। (খর মপী হোনবা)

অচৌবাঃ করিমতা হঙ্গোইগনু লৈমিন্নরবদি অমনা অমগী মতেং পাংনদবা য়াবরা সে ! সে ! কোল্লকউ।

থাজমানবীঃ অচৌবাগী মনঙ্গন্দা কোল্লি অচৌবনা পোরগা লেত্রিন ফাওবা পুশিল্লি। ইশঃ ওন্থোক্লা শোনখ্রেদা ঐ ইকাইজখ্রেদা।

অচৌবাঃ করি লায়নানো হন্দক্কী মাগী লৈনাসিবো। হিদাকসু ফন চারবনি সুকফৎ ফত্তে। করম্বা ডাক্তরগা তান্নরুশিগে। ফন ফজরম্বনি... লোইরেহে য়েংবা য়াদরে।

থাজমানবীঃ মনুংদগী তামো ! ঐ হৌগৎপা ঙমদ্রে অমুক্তং লেংশিল্লকও।

অচৌবাঃ (বাথরুম চংখ্রে অদুগা থাজমানবী পোরগা পুথোরকপা অদুগা ফম্মুংদা হ্‌িপহনবা) য়েংঙোইনং করিমতা চিংনগনু ঐনা নংবু ফনবা শোইদনা য়েংগনি। ঐনা য়াম্না ক্রোজ ওইনবা ডাক্তর লৈ।

থাজমানবীঃ (য়াম্না ঙমদনা) খংদ্রে তামো তামোনা ফনবা য়েংবিরো।

অচৌবাঃ (তপ্ন, তপ্ন থোরকই।)

## তরেৎশুবা শিন

# ডাক্তর কৌবা চৎপা

অচৌবাঃ (তপ্ন তপ্ন চংলকই) হলো ডাক্তর সাহেব ! ঐখোইগী ডাক্তর থোইবা লৈতবরো ?

ডাঃ থোইবাঃ লেংশিল্লকও সাহেব ঐ লৈজরে।

অচৌবাঃ সার মাগীসি এক্সরেসু য়াওজরক্লে ব্লদ তেষ্টকী রিজল্টসু য়াওজরক্লে। অমুক্তা কুপ্না য়েংবুয়ু। (পিশিনবা)

ডাঃ থোইবাঃ লৌরগা য়েংই। ইসঃ মসিদি (তপ্ন ঙাংই) হৌজিক কালগী য়াম্না বেরা লৈবা লৌনগনবা লায়নদুনি।

অচৌবাঃ ডাঃ সাহেব ! অরুব লায়না ওইরবরা ?

ডাঃ থোইবাঃ হুং কৈশু হায়জদে। মাগী লায়নসি মাগী নিপাদগী লৌহৌবনি হায়বনি।

অচৌবাঃ ও ! নুপী অসিগী লায়না অসি মাগী নিপাদগী লৌহৌবনি হায়বরা ?

ডাঃ থোইবাঃ হোই লায়নাসি য়ুম্বান্নবদা য়াম্না থুনা শন্দোকনবা লায়নানি। মাগী নিপাদু S.P. নি হিদাকসু খর থকপা অদুগী মথক্তা নুপীদা খর ঙাওবা অদুনা মানা নুপী অমদগী লৌরকঅগা শিগ্রবনি। মীনা ঙাংবা শকপা লৌগন্দব মীনি।

অচৌবাঃ ও ! মাগী নিপাদু য়ু খর হেন্নে পাম্বা, অদুগা নুপীদসু খর ঙাওব খর লমকেৎ লমহায়বা মী ওইরে। ইস ! (মকোক পায়বা।)

ডাঃ থোইবাঃ S.P. সাহেবতু য়ুদি ফজনা পাম্বনি মা খক্ত নত্তনা নুপীদুদসু পিথকঅমগদবা মাল্লি অদু সাহেব অনাবসি HIV পোজিটিপ ওইবদগী থোরকপনি অদুনা য়ারবদি পংনক নকশিনবিগনু মাগা করি থোক্লবিবগে।

অচৌবাঃ (লুকথরগা) কৈসু থোক্লজদে, হিদাক থকপা চংলুবদা নারে হায়দুনা লৈরম্মী। অদুদা নুংঙাইতদুনা ডাঃ দা য়েংজবা লাকচবনি।

ডাঃ থোইবাঃ মানা পাইবা পোৎ চাবা করিসু কায়দে, ফম্মীন্নবসু য়াই। তৌবদবু মঙোন্দগী ঈ লৌরগা কাপ্পা য়াদ্রে অদুগা মঙোন্দ কাপ্পুবা এতুম সেরিলস অমুক শিজিন্নবা য়াদ্রে। অদুগা খ্বাইদগী মরু ওইবদি মাগা হকতিন্নবা ফংদ্রে। মাসু নহানিনা নিপা পাম্বা য়াওরকপা য়াই অদুনা সাহেবনা য়ারিবমকৈ লাকথোক্লবা হোৎনবনা ফৈ।

অচৌবাঃ ইস অদুদি মসিগী লায়নাসিদি মহাক মশাদা খঙহন্নবনবু ফরেনে।

ডাঃ থোইবাঃ No No সাহেব মদু য়াদে মাগী নিপাদু ঐনা য়েংখ্রবনি অদুবু নিপা অদুনা নারিবা অনাবসি হায়দোকখিদবনি।

অচৌবাঃ করিগী হায়বিদ্রিবনো খঙজরগা অনাবদু ফনবা য়েংজহন্নবা য়াদ্রা সাহেব ! মনিং থুংনা য়েংজবনা ফংদ্রা ?

ডাঃ থোইবাঃ সাহেব অনাবসি য়াম্না শাথিবা AIDS হায়বা অনাবদুনি। মসিগী ভেক্সীন লৈত্রি মসিগী লায়নাসি হাৎনবা মেডিছিন পুথোক্লবা কন্না হোৎনরি। অদুনা মসি পক্রবা মচা চেনবী নুপী ফাওবা মশাগী শঙ্গোম অদু মচাদা পীথকপা য়াদ্রে। নৌরিবা মচা অদুদা লৌনগনবগী চাং য়াম্না ব্বাংই। অনাবসি লৈরে হায়দুনা তাথি তাওইনা তৌবিরগা অমুক্কা হেন্না অনাবদু খুমাং চাউশিল্লকনি।

মথ্বাই নুংঙাইহন্দবা য়াদে। অদুনা ঐখোইনা অনাবা মশাদা য়ারিবমখৈ খঙহন্দে।

অচৌবাঃ ও ! অদুনদি মা মশামক্তদি অনাবসি মাগী নিপাদগী লৈহৌরে হায়বা খঙদ্রি। অসিরা সাহেব।

ডাঃ থোইবাঃ Yes Yes ! মাগী নিপা শিখিবা চহি অহুম হেক্লবনি হৌজিক ফাওবা ঐখোইনা খংহন্দনা মাবু মথ্বাই নুংঙাইহল্লগা হিংহল্লিবনি।

অচৌবাঃ অদুনদি অনাবসি শন্দোকপা ঙমদনবা করি উপায় লৈবগে ডাঃ সাহেবনা ফজনা তাকপিয়ু।

ডাঃ থোইবাঃ মথক্তা হায়জখ্রিবসি মরু ওইবনি অদুনা লৈশাবী পাখঙ লুহোংবা তারবদি কুঠি য়েংদ্রিঙৈদা লৈশাবীসু পাখঙসু HIV পোজেটিভ ওইবরা য়েংথোকপিযু হায়জনিংই।

অচৌবাঃ ও ! HIV পোজেটিভ ওইরম্লবদি লুহোংবা তোকপা তারবা ?

ডাঃ থোইবাঃ Yes অনিগী মরক্তা অমবু পোজিটিভ ওইবা য়াওরবদি ফনা নুংশিনরবসু হোংদবা ফে।

অচৌবাঃ অদুদি মাগী ৱাখল নুংঙাইতবদু কোকচনবা য়ু খর খর থকচরসনু। মানা থক্লবদি।

ডাঃ থোইবাঃ মাঙোন্দ অনাবসি লৈরে হায়বা খঙহনবিরুরনু অদুনা ফরনি অলকোহল হেন্নে শিজিন্নরবদি অনাবদু চাউখৎলক্পা য়াই।

অচৌবাঃ ও ! অদুসু ফত্তবা ! অদুনদি ৱাসিদি য়াম্না লুরিনে।

ডাঃ থোইবাঃ অদুনা সাহেব অল্কোহল য়াম্না শিজিন্নরগা চেকশিন্দবা থোরকই অদুনা নুপীদা ঙাওবগী চিংনবা লৈতে নুপীনসু নিপাদা পামশিনবা হেল্লি। মসিদগী কায়থরকপদি হেপোতাইতিস, অদুদগী R.K. S.K.

নচিংবা AIDS কুস্বা শাথিবা লায়না খর লৈ মখোইঅসিসু হকতিন্নবা অসিনা খ্বাইদগী হেন্না লায়না শন্দোকপা ঙমই।

অচৌবাঃ ও! মখোইদুদি য়েত্তুম সেরিলস তিন্নবদি য়াবরা? সার!

ডাঃ থোইবাঃ মখোইসু য়েত্তুম সেরিন তিন্নবদগী অমদি ঈ কাপ্পদগী লৌনগনবা লায়নানি। অদুগা তিল কাঙনদি শন্দোকপা ঙমদে হায়না লাইরিক্তা লৈ। খ্বাইদগী মরুদি লায়নাদি চংদ্রিঙৈদা "চংদনবা ইশানা চেকশিঞ্জবনা" খ্বাইদগী ফৈ।

অচৌবাঃ অদুদি ডাঃ সাহেব! নুপীসিগী হিদাক খর পিবদা করিমতা কান্নররোইদ্রা?

ডাঃ থোইবাঃ অদুগীদি ঐ ইজগে। মথ্বাইনুংঙ ইতনবা তৌবা য়াদে অদুগা AIDS হায়বা অনাবসিদি incurable নি মশা তাহনবদি য়াদ্রি মসিগী ভেক্সিন পুথোক্লবা কন্ন হোৎনরি। অদুগা কনাগুম্বী AIDS পক্লবী নুপী অমনা মবুক্তা মচা লৈখ্রবদি লৈখ্রিবা অঙাং অদু শোক্তনবা ফাওবদি হোসপীতালশিংদা থম্মবনি। অদুগা পোক্লবা মতুংদদি মমাগী শঙ্গোমদি পিথকপা য়াদ্রে। মথক্তসু পনজখ্রে।

অচৌবাঃ ও! অদুদি ডাঃ সাহেব! য়ৌজরগে। (তম্ন হৌগৎপা)

## নিপালগুবা শিন

## থাজমানবী শিব

*(থাজমানবী ফুম্মুং অমদা হিগুনা লৈরী।)*

থাজমানবীঃ অস ! ওহোক্লা থাজদনা ভমখিদ্রেদা ঐসে। মগু হানা নুংঙাইথিত্রিবা লৈখিদ্রবা ইপুরোইবনা চৎলসি লাকও। নং নরমচৎসু লুদ্রে হায়না চৈরম্মী। ঐসে তামো অচৌবগী মমাংদা ইকাইখ্রেদা, ঐনা লমচৎ মোৎলগা তাম্লুরিবা ইরল অসিবু কনাদা পিরমগদগে ? তামো অচৌবাসে য়াম্না তন্না চংঙকইদা ডাক্তরনা করি হায়রবনো ?

অচৌবাঃ সে ! থাজমানবী ! নংগী হিদাক লৈরগা পুরকঅবনি থোইহ্না চিংনগনু অসি চারগা ফরনি।

থাজমানবীঃ তামোবু নশা ভমদবরো য়াম্না ভমদনা লাকপগুম তৌরিবদুবো। (হিদাক লৌরগা য়েংই) এ : সিগী হিদাকসিদি ঐখোই নিপানা হান্না চাখিবদুনিনে।

অচৌবাঃ হা ! অসিগী হিদাকসিবু নং হান্না উখ্রবরনে !!

থাজমানবীঃ তামো ! ঐ য়াম্না ইকারক্রে। ঐ তামোগা উনগদবা ফাওবা ইকাইরক্রে। চেনফম লৈতবগী তৌরবনি। শিখ্রবা ফাওবা ইকাইবদি ফররোই।

অচৌবাঃ থাজমানবী ! করিনো নংনা ঙাংইবদো নারগবু ইকাইরগা ফরব্রদরা ? অদুম হায়না ঙাংগনু, নারবা হায়বসি ভমদ্রবনি। ব্রাখল পিকথখিগনু

ঐ লৈরিবসিদি নংগী অনাবা ফনবা ঐনা শোইদনা য়েংগনি।

থাজমানবীঃ (নাহে নাহে ঙাংলকই) তামোৎসু ঐগা ত্তিন্নবদগী পোখাবা ফংহন্দ্রে পৈশাসু ভারিদা তিংহল্লে।

অচৌবাঃ হায়! অদুম হায়না ঙাংগনু। নশাদু করি চারগা ফগাদগে খনগদবনি নথম্মোইচাউথোকউ। ঐ ওফিস ঙহাক্তা য়ৌরুখিগে। (তন্ন-তন্ন থোরকপা।)

*(থাজমানবী তুংদগী নুংশিনা য়েংদুনা লৈহৌই) নিংঙমদবা তেংথা ঈশৈ*

ঐহাক্লা ৱাশক ঙাকপা ঙমখিদরে
মায়াগী দেহেনিনা ঙমখিদরে
অঙাওবদো ঐহাক্লা পামজরুবনি
ঙাওন ফৈন অদুম চৎখরে
ঐবুনা মৈরক্তা হুঞ্জিল্লম্মগা
ঐহাক্লা ৱাশক ঙাকপা ঙমখিদরে।

অঙাওবা ফানবা লাংদি থাকউরে
থাকউবা লাংদা অঙাওবদি থুররে
লুরিবদি ইশাদা থুরিবা লাংদি য়াওরি
পুক্সিদি লোইদৌরে ঐনা খঙহৌদে
ঐনা হান্ন চৎখিবা তারমান্নে
ঐহাক্লা ৱাশক ঙাকপা ঙমখিদরে।

অমুক্তা কনবিয়ু মরাল লৈজদ্রবসে
মাত নত্তনা মাগী লোইনবীসু
ঐনা লোইনা মাংহনবা তারেদো
মরোই মনাও পুন্নমকসু মাংগদৌরে

হে ! তমথিরবা লায়না ফত্তেদকো
ঐহাক্না ৱাশক ঙাকপা ঙমখিদরে।
(হিক্লা হিক্লা কপ্পী)

অচৌবনা ঈশৈ শকপা

*ঈশৈ (নাহে নাহে শকপা)*

থাজরমদবনি ঐসে নারক্কনি
খল্লম্মী ঐনা নারগা পোত্থজনি
নমদুনা নাহল্লে ইশানা ইশাসে
অকনববু নাহনবা হিদাক্লি নংসে
থাজরমদবনি ঐসে নারক্কনি . . . অহু . . . অহু . . .

লঙ তৎলবা তেলঙ্গানি ঐহাকসে
কয়াম কুইনা পায়খিনি ঐনা খংদে
চেকশিন্দবা ঐগী লমহেনবা নুংশিৎনা
শেগাইরবসু য়ারে নেৎখায়রবসু য়ারে
থাজরমদবনি ঐস নারক্কনি . . . অহু . . . অহু
হে . . . তাইবঙ মপু কনবিয়ু মহাক্তদি

কনবিয়ুকো মরাল লৈজদ্রবী মাবুদি
ঐগী লৈমরেলবী নুংশি থোইবীনি
ইচা য়োক্নবা থম্বীরম্মু ঐগী তুংদা মাবুদি
থাজরমদবনি ঐসে নারক্কনি (অহু অহু নাহেবা।)

*ময়ামদা ওম্পিলগা ঙাংবা*

হে ! শিদবা মপু ননাই ঐবুদি মপুগী খুয়া উফুল্লক্তা তিলহনবিরো অদুগা মরাল লৈজদ্রবী ঐগী লৈমরেলবীবুদি মচা য়োকচনবা মপুনা থম্বীরম্মো নাপলগী পঙলবা ঐবুদি ইরালগী মতুং ইন্না দণ্ডি ফংজরগে নিশা হায়বসে নাপলগী তুংনফম্মী। খঙবগী কান্নদ্রবা মতমদা খঙল্লক্লে লৈবাকমচাশা।

ফোন ক্রিং ক্রিং . . .

অচৌবাঃ হলো ! কনা ওইরবনো ? ঐ হকচাং ঙমদরে থমজরগে (থম্বা) ঐগী ধর্ম্ম কায়জদ্রবী লৈমরেনবীদু নুংশিরকইদা। মানা হায়জরকপনি মহোই বাবা মফম অদু নুপী ঙাওবনি ঐসু চৎচগে। চেকশিন্দবনা লৌরুব, নিশানা থিজরুবা লায়নাসে ঐগী লৈমরেনবীদদি থনশ্মরোই। মাগা শাউজিন্নরগা সুকনক নক্কররোই।

ডাঃ থোইবাঃ অমুক্তা চংজরক্কে ! ফোন তৌজবসু করিমতা হায়বা নংহৌদে অদুম থম্বীখ্রে য়াম্না ঙম্বীদ্রব্রা ?

অচৌবাঃ ও ! ডাক্তর ওইরে হৌজিক্কী ফোন্দো। ঐদি কনা কনা ওইরবোই নিংদুনা থমজবনি। করি তাকপিগদবা ?

ডাঃ থোইবাঃ নহালগী ঐখোইগী সাহেবনা এক্সরেগা পুরগা লাকপা থাজমানবী হায়বী AIDS পকপী য়ু য়োনবী ঐনসু হিদাক ইরগা পিথিবদো লৈখিদ্রে, পোলোইহৌরে।

অচৌবাঃ এ !! থাজমানবী লৈখিদ্রবা ওয়োকপনিদা মা মপুরোইবনা পুখ্রবোরে।

ডাঃ থোইবাঃ মা লৈখিদবশিদি হৱাওহৌবসু য়াওরি।

অচৌবাঃ মা লৈখিদবদা হৱাওবসু য়াওনরিবা।

ডাঃ থোইবাঃ য়ু য়োনবনিনা য়ু থকহন্নিংদবা মীনদি হরাওজবা তাবনি। অদু মা শিখিবগীদি থোইনা ৱাবিরুরনু হিদাক অমত্তং কাপথোকশি ঐ ঈশিং লুমজরক্কে পোখাবিয়ু।

লৈমরেনবীঃ (পরপ পরপ চংলকই পোৎ য়োম অমা পুরগা) করিনা মহোই পাবুংনা তৌবিরিবসিবো!

ডাঃ থোইবাঃ এ! এ! ইবেম্মসু য়ৌবিরক্লে ফরে ফরে।

লৈমরেনবীঃ তামো থোইবা! ঐসি মঙ নুংঙাইমন্দদুনা, অফংবা গাড়ী অমদা হেক্তো লাকঅবনি। ত্তোফ থাগৎলগা ঈশিং লুম্মীবসিবু তামোনরো কনানানো?

ডাঃ থোইবাঃ ঐনা মরুপসে হিগা খিত্তং য়েশিরাসু খনবা, সেরিনসিসু য়েত্তুমসু অহনবা ওইজরবসু থম্মোই শেংনবা ফুত্তোক্লসিরা খনবা। লংফে হায়বসিদিসি ঙাক্তনি।

লৈমরেনবীঃ অদুগা মহোই পাবুংনা হকচাং অসি য়ৌনা শোকচিল্লবা ফাওবা ঐখোইদকা তাকপিরক্তবসিবু করিগীনো? ফোন তৌজরবসু পাইবিদে করি ওইনা খনবিরিবনো?

অচৌবাঃ করিনো লৈমরেনবী নংনা লাকপগা খুনু খরংদৌনা মীখুদিংগী খৎনবা পঙহৌদা হৌরিবসিবো? নশক্তু য়েংনিংদে চৎখ্রো চৎলু।

ডাঃ থোইবাঃ ইবেম্মা শাউরুনু মশা শোনবা অদুদা পঙশাউদ শাউরবনি। ঐগসু লাউনরম্মবনি। ঐ চৎলগে খিত্তং কনখৎনবা হিদাক কাপ্পম্মবনি। অদো সাহেব! ঐ য়ৌজরগে (থোকখিবা)

লৈমরেনবীঃ ঐ লাক্তবগী ৱারৌরিবরো ? ঐনা শুকশাও হেক শাওবিদ্রগা লোইরে।

অচৌবাঃ হে! শাউবিদ্রগা লোইরেকা হায়জিল্লগা ইনাক্তকা চঙ ঙক্কনু নং ঐগা নক্লবা য়াবা নুপী নৎত্রে। (য়াম্না ৱানা ঙাংবা)

লৈমরেনবীঃ করিনোনে মহোইপাবুংশিবো। অসুক কন্ন ৱারৌবিরিবশিবো! ও! ৱারৌবিরগনু ঐনে অশেংবা নাইহায়বা তাদবনি। সেঃ সেঃ থবাক্তু হিগা অমুক্তা য়েজগে অদুগা কোন্না চৈবিয়ু ফুবিরবসু য়াইএ।

অচৌবাঃ (শ্বর থবেৎ থবেৎ হোনবা) ঐনা চঙঙকনু হায়রমক্তদা (লৈমরেনবীদা কন্ন ইঙ্গোরকপা) নং ঐগী নুপী ওইদ্রবনি কনা কনাগী ওইখ্রবনো ঐ খঙদ্রে।

লৈমরেনবীঃ ইস! করি লোন্দানো ঙসিগী মতৌসিদি ঐবো ! কনাগী নুপী ওইখ্রবনো হায়বা !! অদুনদি ঐনা নশা শোকপা য়াদ্রে হায়বনি। অদু ওইরবদি ঐ হিংদুনা লৈবগী করি কান্নগনি। ঐদি ইপা ইপু নোরোক তানবা পোকপা ওইরবা ?

অচৌবাঃ (ৱানা ঙাংবা) খংদে, খংদে, নং সিদা চঙঙকনু হায়রিবসিনি।

লৈমরেনবীঃ অদু য়ৌনা শোক্লবমক্তদা অদুম হায়না তাকপিগনু ঐ খাংফম খংদ্রে ঐগী ইরাল করি লৈখ্রবগে ? ঐ ভাব তাব ঙমদ্রে।

অচৌবাঃ নংগী নরাল হায়ববু নংনা খঙলিবদু মঙাই। ঐনা হায়বা তুক্কচৈ, ঐনা লাপ্না লৈখ্রে হায়দুনবু অদুম হায়না তৌবা হৌনবরো ?

লৈমরেনবীঃ (কপ্লকলে) হে তাইবঙ মপু ! ননাইনা ঙসি তারিবসিবু মঙলা তাইবঙলা ননাইবু লৌশিনবিরো ? ননাইদি নুপীগী মপোকনিনা নিপা ওইবগী লমচৎ শাজৎ থিজবসু ইতিক লৈজদে (কপ্ন কপ্না থোরকই কেরোসিন বোতল পাইশিল্লি মৈখেৎ অমসু পাইশিল্লি।)

অচৌবাঃ লৈমরেনবীগী তুংদা তপ্ন তপ্না ইন্নরকই।

লৈমরেনবীঃ (কপ্ন কপ্ন হায়রকই) ইমাগী ইবুংঙোহল নং ইমাবু ৱারৌগনু ইমা খাংবা ঙম্বগী পাঙ্গল লোইখ্রে। মপাবুংনা ইঙ্গোক্লবনিনা অসুক চাউখ্রবা মালেম অসি ইমাগী য়েক্লবা ঙাক্তা ঙাইরে। ঐগীদি নপাবুং

খক্তনি ঐনা নুংশিজবা অদুবু নপাবুংদি মমায় লৈথোকখ্রে হায়রগা (মশাদা কেরোসিন থৈজিনবা হৌরক্লে অদুগা মৈখেৎ লৌথোরক্লে।)

অচৌবাঃ বাথরুমদা তুমিন্না লেপ্তুনা লৈরম্মী (মানা লৈমরেনবী) মমিৎ মনা চপ য়ুংনা মৈখেৎ লৌথোরকপদু উরগা মখুত্তগী মৈখেৎ উপ্পু য়েথোরক্তুনা মৈখেৎ পাইথোকখ্রে।

লৈমরেনবীঃ (কপ্ল কপ্ল) করিনো লমচৎচুমদ্রবী ঐবু করিগী শোকপিরিবনো ? শিজরগে হায়বসু য়াবিদবা, সেব তৌজবসু য়াবিদবা, অরাইবা ইপুরোইবসু নত্তনা ঐবু করি তৌ হায়রিবনো ঐগী কয়াম চাউবা ইরালনো ? শিবদদি ইনিং তম শিহনবীয়ু।

অচৌবাঃ ইস ! মসিগী নুপীসিদি মরিংজেল খাখ্রেদা। নুপীনবু অদুম হায়না তৌবা হৌনবরা ? নংনা শিখ্রগা ইবান্নিগীনচা ইবুঙোহলদু কনানা য়োকপিনি।

লৈমরেনবীঃ মহোই পাবুংগী বাতাদুদা হিংনবগী পাঙ্গল লৈত্রে। ইচাসু ইচাগী থোকপা খল্লকই। বাহে অদু নুপীনা খাংবা ঙম্মোইদবা বা ঙাক্তনি।

অচৌবাঃ (ইংথখ্রে) ইস ! শোইরমগনিদা ! ঐনা ফাগী তৌরগা . . . নংসিদি অঙকপনি।

লৈমরেনবীঃ ঙসিগী মহোইপাবুংগী বাতাদুবু ফাগীরনে। অদুগা অদুক শোনখ্রবা মহোইপাবুংনা কমদৌনা বাথরুমদা লৈরম্মীবা। মদু ফাগী মান্দে কনাগুম্বনা হায়জিনবা য়াওবরা শেংনা তাকপিয়ু।

অচৌবাঃ নংগী নরাল সুকলৈ লৈতে। কনাসু নংগী ফত্তবা পাও অমতা পিরদে, ঐবু খর পুশিনবিয়ু, ঐবু খর শম্বীয়ু। ঐ য়াম্না বারে হিপহল্লো কপ্লগনু মপি তৈথোকপিবা। ঐনা লানখ্রে, তোকওবা।

লৈমরেনবীঃ করিনো তাকপিরিবদুবো ঐঙোন্দা অমুক লাক্লে হায়বিরিবদুবো।

অদুম্না হায়হৈদে ঐসে ননাইনুপীনি। (হিক হিক কপ্পা) ঐবু কদায়দা লানবা য়াওখ্রবগে অমুক্তদি তাকপিয়ুবা নত্রবদি থরাইসি লৈতাদ্রে ঐ হিংজনিংদ্রে ঐবু থাদোকপিয়ু মায়কৈ অনিমক্তা থিংবিরনু।

অচৌবাঃ নংনা খল্লিবদো খলহৈদে ঐনা ফাগী তৌবনি হায়রেদনা হয়েংমখৈ ফাগীকা শুক্তৌ তৌজররোই সে সে নং কনাদসু মিংয়েং কারল চত্তবীনি। নং ঐগী নুপীনি ঐসে নংগী নিপানি নথন্তগীনি হিগাসু য়ৈরো নংনা থোংবা চাক চারগা খর কনবরা য়েংগে।

লৈমরেনবীঃ লেংশিল্লশি হোল্লিবা স্বরদু তাবদা য়াম্না ৱারে ঙহাক্তং পোম্বাবীয়ু।

অচৌবাঃ হোই! হোই! পোখারসি নংবু শিথ্রবদি ঐসু অদুম শিবা তাবনি নং লৈত্রগা ঐনা কনাগা হিংহৌগনি।

লৈমরেনবীঃ করিনো অদুম হায়না তাকপিবা হৌনদে, ঐনা শিখিবদি য়াই। মহোই পাবুংনা শিখিবদি য়াদ্রি, মপা লৈতবা মচাগী লম্বেল য়াম্না পিকই। খোংথাঙ খুদিং তিংখঙ ঙাক্তা ওইগনি।

## মাপলশুবা শিন

# অচৌবনা লৈমরেনবী নুংশিরকপা

অচৌবাঃ লৈমরেনবী নংবু তারিবরো !

লৈমরেনবীঃ (ইমুংদগী খুম্মকই) ও ! লাকচরে লাকচরে করি তাকপিগদবা ?

অচৌবাঃ সে ! সে ! ঙরাং ডাক্তরনা ইরম্বা হিদাকসে খর লৈরুরো।

লৈমরেনবীঃ সোমদা পিবিরকও ঐ লৈজরুরগে (চে পুরগা চৎখিবা)

অচৌবাঃ (তুংদগী নুংশিনা য়েংহৌবা) নুংশা শ্বর তপ্প হোঙ্গরগা হায়রকই ঐগী পাখোল চৎপদা কয়াদা হরাওজরিবা, ঐগী সেবাদা মথ্বাই মঙামক য়াওনা তৌজরিবা অসিদবু ঐনা করম্না ইঙ্গোক্কনি। ঐনবু ঙরাং শিব ঙম্মোই হায়দুনা মতুং ইন্নরমদ্রবদি ঙসিদি ঐ নারে হায়দুনা হিপ্পা ফংলম্মোই মাগী নুপীদু মৈ থাদুনা শিরিবসি মাগী নিপানা করি হায়রুবগী শিরিবনো হায়দুনা ইন্তরোগেসন তৌরমগনি, ঐ ওঙ্গোক্লা ফজরম্মোইদা। অচুম্বগী মপাঙ্গল ওঙ্গোক্লা কনখ্রেদা ঐনা লাল্লুরবনিনা অশেংবা হায়দোকপসু ঙমখিদরে হৌজিক্তী ঐসু মাসু AIDS হায়বা লায়না অসিনা পুখিবা তারবরা ? ঐনা ইশা ৱারকচবা ঙমদবদগী ঐত নত্তনা মরাল লৈজদবী ঐগী লৈমরেনবীবুসু মাংহল্লগদৌরি। অদুবু মচা নুপা ইবুঙোহলবুদি কম্নবা হায়দবা য়াদে। নং নচাদা শঙ্গোম পীথক্লগনু। (মহাক্লা মমায় লৈথোকঅগা ঙাংলিঙৈদা লৈমরেনবীনা তাহৌবা।)

লৈমরেনবীঃ মহোইপাবুং হিদাকপুদি লৈরকএ ঐ তামো খোইকসু উনরকই। (তুমিন্না অঙাংদা শঙোম শিথকপা য়াদ্রবা)

অচৌবাঃ কদায় কদায় চাবা হৌরগে।

লৈমরেনবীঃ মহোইপাবুং ঐখোই য়ুম চৎনবা তৌরম্বিরা ?

অচৌবাঃ হোই ! হোই ! ইচা ইবুঙোহলদুসু উনিংলকই। করিগুম্বদা ঐবু হংবা য়াওরকপরা ?

লৈমরেনবীঃ চাক চারমদাই খুদিংগী নচানিপানা কাউবা লৈতে। মীগী অঙাং মপানা খুং শম্বীদুনা লাকপা উবদা ইমা ঐখোই পাবুংদি লাকখিরোইদ্রা হাংবদা খুম্মকম কঙদ্রবনি।

অচৌবাঃ ও ! ও ! অদুমকা হংবা হৈরেবোরে (মথন্ত তুমিন্না ঙাংবা) ঐনা সোমদা ইচা লৈজনবগুম্মা পোথাকম থিবা চৎপদা AIDS থেংনরবা ইচাগী কুম্মৈ ত্রেংবা নংদনবা হোৎনজরি অঙকপনি।

লৈমরেনবীঃ করিনো মহোইপাবুংসিবো ঐ লৈন লৈন কনাগা বারি শারিবনো ?

অচৌবাঃ লৈমরেনবী !! ঐ কনাগসু বারি শাবা নত্তে। উদবা কুইরবা ইচাগী কুম্মৈ ভাকনা সুম ত্রেংজবনি ঐ ইচাদু য়াম্মা নুংশিরক্রে। চৎলশি।

লৈমরেনবীঃ মচা কাওবদি নুংশিরিবোরে। অদু ইস্কালদা ত্রেংবদা ফক্রগা দিল্লি রা, মোম্বেরা চৎলগা ফনবা ত্রেংদবা য়াদ্রে।

অচৌবাঃ হোই ! হোই ! নংগী ননিং থুংনবা চৎলুশি।

লৈমরেনবীঃ হয়েং য়ুম য়ৌরগা নচা ইবুঙোহলগী কুম্মৈ উবদা অনাবা ফখিবসু য়াই। কেরেং করাতী তৌরিবনি হায়দনা মখোঙ মচা অদু কাউবদা অমুক্তোইবা মপু মকেন কাশি লোইনা ঙাওত্ত্রবনি।

অচৌবাঃ (ভমদা ভমদা নোকপা) ও ! হৌজিক কালগী চৎনবী মখোইসু য়াওরবোরে।

## তরাশুবা শিন

# অচৌবা শিবা

অচৌবাঃ (য়াম্না ঙমদনা নাহেনাহে ঙাংই) য়েংঙোই লৈমরেনবী ! ঐখোয় দিল্লিদসু য়ৌরুরে কান্নফম খংদ্রে। নং ঐবু ৱারৌগনু ঐ থাজরকত্রে ঐনা ওক্তদুনা যু য়োনবী অমা তিন্নরুবদগী অনাবসি ঐঙোন্দা লাকখিবনি। ঐনা নঙোন্দা লানখ্রে।

লৈমরেনবীঃ করিসু লানখিদে, অদুম্না হায়বা হৌনদে নিপাদি তরাগী মপুনি। ঐগী থৱাইগী মপুদি নংনা ওইবনি। নং য়াওদনা ঐনা হিংবা ওইথোক্তে। হন্দকমুক্তী ভেলোর চৎকনি ফনবা য়েংদবা য়াদে।

অচৌবাঃ (মতৎ মতৎ ৱানা হায়রকই) হোই, হোই, ইবেম্মা। ঐনা নংবু থাদোকঅগা সুকচৎ চৎলোইয়ে।

লৈমরেনবীঃ এ ! ঐখোই তামো থোইবসু য়ৌরকএ।

থোইবাঃ এ ! ঙসিদি ঐখোইগী সাহেবসে খর ফবগুম তৌইদা।

অচৌবাঃ ৱানা খুন্মী ডাঃ সাহেব লেঙঙকই। ঐখোইগী সারগী ৱাসি তাবদা হকচাং অসি খর কনখৎপগুম তৌই।

থোইবাঃ ফরগদবনি। শ্বরদু শাংনা শাংনা চনিং তানা হোম্ববিয়ু।

অচৌবাঃ লৈমরেনবী ! নংসু ঙহাক্তং পোথাজরুরো নংসু ৱারম্মনি নিংথিনা তুমদবা কুইরে। নং নাবা য়াদ্রি।

লৈমরেনবীঃ ঐবুদি করিসু ৱাদেদা। অদুদি ঐ অঙাং য়েংউখিগে। (লৈমরেনবী

চংখিবা) ইমাগী ইবুংঙোহল ইমা লাকএ। অমরোমদা অচৌবগী মমা ইবেমহলনা মশুগী শঙ্গোম শেম্মগা পিথকলি।

অঙাং ইবুংঙোহলঃ বোবোক ঐ ইমাগী চুচু থকনিংই ইমাসু লাকএ।

ইবেমহলঃ বোবোক্কী মশু নিংথেম মশুদি মরম ওকপনি য়েংঙোইনমাগী চুচুদি থোকখিদ্রে নমাসেনপাগী সেবাদা য়াম্না ৱারবনি।

লৈমরেনবীঃ ইমাগী ইবুংঙোহল ইমা ঙহাক্তা হিপখিগে ইমা য়াম্না ৱারে।

অঙাং ইবুংঙোহলঃ মামা নংসিদা লাও নং কদায় চৎলুই।

ডাঃ থোইবাঃ ও! ইবেম্মা! অমুক্তা লাকখো।

লৈমরেনবীঃ অঙাং পম্মগা পরূপ পরূপ চেল্লকই। তামো অনাবা কৈদৌরবা।

ডাঃ থোইবাঃ Sorry I am so sorry ঐ উপায় লৈত্রে।

লৈমরেনবীঃ তামো! অমুক্তা য়েংবিখো হৌজিক্তা খর ফরে হায়রম্বদাইনে।

ডাঃ থোইবাঃ ইবেম্মা ঐনা মথাই নুংঙাইনবা সুম হায়বনি। ঐগী মরুপসে য়াররোই নহালনা খংলবনি। মহাক্না ঐখোই পুম্মমকপু হুন্দোক্লমলে। নংবুসু মহাক্না লোন্না বিদায় পিরম্লে নংগী নমাংদা চৎপা ঙমদদুনা নংবু তাঙ্গোকপা ওইরম্মে।

লৈমরেনবীঃ মপুরোইববু চেৎনা কোল্লগা কপ্প কপ্প হায়রকই। মহোই পাবুংনা করিগী ঐবু তাঙ্গোকপিরি। ঐদি নং য়াঙদনা হিংবা ঙমজরোই (কপ্পুনা লৈবা) ইমাগী ইবুংঙোহল য়েংহৌরো নপাবুংগী শক্তমসে ঙসিনা অরোইবনি ঙহাক্ত ঙাইরে উৎ ওনখিগদবা।

ডাঃ থোইবাঃ ইবেম্মা থম্মোই চাউবা তম্মু শিরোইদবা মী অমতা পোকখিদ্রি নোংমদি ঐসু নংসু লফুদা মোন খাংলখিগনি খাংঙেনফমদা মপু মাগী য়াথঙ কনাসু ইন্দবা ঙম্লোই।

লৈমরেনবীঃ মহোই পাবুং হায়রম্মগা ৱাঙ্গুরকপা মনেমবোকনা চিনশিন্দুনা ওকখিবা।

## তরামথোইশুবা শিন

## লৈমরেনবী শিবা

লৈমরেনবীঃ (ফম্মুংদা হিপ্তুনা লৈরি মপুরোইবা অচৌবগী ফোটো য়েংদুনা লৈ নাহে নাহে ঙাংই। ) হা ! মহোইপাবুং নংবু করিগীনো ঐঙোন্দা অদুক মুন্না য়েংদুনা লৈরিবসিবো হৈমা ! করিনো ইনাক্তা লাক্তুনা ফম্মরে। নংবু শিখ্রবা নত্তরো (মমিৎ মনা চপ য়ুংনা য়েংবা) মশক উদবা অচৌবা ঐগী নুংশিথোইবী লৈমরেনবী ! নংসে ঐগীনি ঐসে নংগীনি। ঐ শিদ্রিয়ে।

লৈমরেনবীঃ করিনোনে হায়রিবসিবো ! মঙলনে তৌরিবশিবো ! নংবু পোলোইদ্রুনা নশাপুম্বা উৎ ওনখ্রবদাইনে।

অচৌবাঃ উৎ ওনখিবদুদি হকচাং খক্তনি থৱাইদি শিসু শিদনা নংগী লায়েংবা মোম্বে চৎপদসু ঐসু নতুং ইল্লি।

লৈমরেনবীঃ এ করি ৱানোনে ঐনা মোম্বে চৎপদসু নংসু য়াওই হায়বা নংবুদি কনানা পুবিরিবা ?

অচৌবাঃ থৱাইনা চৎনিংবা চৎপদা কনাগীসু মতেং লৌদে।

লৈমরেনবীঃ অদুগা উসু উদে নংনা ঙাংবসু তাদে।

অচৌবাঃ থৱাইদি অহিংবা জীবনা উবা ফংদে, অদুগা ঙাংবসু তাদে।

লৈমরেনবীঃ অদুদি নংদি কদায়দা লৈরিবা।

*অচৌবাঃ ঐ সগগী লৈকোন্দা লৈ। মদুদা নংগা ঐগা নুংশি ইশৈ শকমিন্নরুশি, নংশি ৱারি শাদুনা লৈকোন্দুদা কোইরুশি চেন্দুনা চোংদুনা খুজেং খুজেং পাইন্দুনা শান্নরুশি।

লৈমরেনবীঃ হোইনে অদুবুদি ঐসু পাম্মীনে ঐনা নুংশিজবা নংগা কোইমিন্নববু ঐনা করিগী পান্নোই। অদুদা নংগী ঐগী ইচা ইবুঙোহলসিদি মখুৎনা চাক চাজবসু হৈজদ্রি ঐনা মাবু হুন্দোকপা মতম চাদ্রি।

*অচৌবাঃ (নোক্লকপা) অঙাওবীসিদি নংগী নচা ঐগী ইচা মাগা ঐখোইগা করিসু থোক্লদে।

লৈমরেনবীঃ ইবুঙোহলবু ইচানি করম্না হায়রোই মাদি নংগীসু নচানি ঐগীসু ইচানি ঐখোই অনিগী অহানবা ইচানি।

*অচৌবাঃ মদু পুন্নমক মায়াগী ৱাখলনি। মাগী থৱাইগা ঐখোইগী থৱাইগা মতম খরদং উজাও অমদা য়ারেকমিন্নবনি। নংনসু ঐনসু কনাবু পোকপা ঙমদে। পুন্নমক মপুগী খুশেন্নী।

লৈমরেনবীঃ অদু পুন্নমক নংদি নিপানিনা মায়ানি হায়দোকপা ঙম্মী। ঐখোইদি মপুগী মায়াদুদগী লাহোকপা সুকঙম ঙমদে, ইচা হুন্দোকপা ঙমখিরোই।

*অচৌবাঃ নংনা লাকখিরোই হায়রিবদো অরেম্বনি। নং লাক্তবা য়াররোই নংনা লৈরিবা য়ুম অদু তেকথরক্লে।

লৈমরেনবীঃ করিনোনে তাকপিরিবদুবো ঐনা লৈরিবা য়ুমশিদি করিসু তৌদ্রিনা য়াম ফরি অতেক অকাই য়াওদ্রি নোঙসু য়ুদ্রি।

*অচৌবাঃ ঐগী নুংশিবী লৈমরেনবী! নংসি পঙ লিদকো নংনা লৈরিবা য়ুম হায়বদি নংগী হকচাং অদুবুনি। নখোই ময়াম লৈরিবা য়ুমদু নত্তে।

লৈমরেনবীঃ হৈমা! করি লোন্দানো! নংগী ৱাতাসিদি ঐদি ভাব তাবা ঙমদ্রে।

*অচৌবাঃ থবাইনা হেক লৈরিবমখৈ হকচাং অদুদা অহিংবা মী ওইবনি। থবাই অদুনা পাইথোক্লমদাইদা অনাবা মী ওইবনি হায়নিংঙাই লৈতনা বাখল্লি। হেক পাইথোকখিবদা অশিবা হকচাং ওইগদৌরিবনি। অদুদগী অবাবা কোকখ্রে।

লৈমরেনবীঃ ফরে ! ফরে! খুজেং খুজেং পাম্লোইনদুনা শান্নরুরশি ঐ ফি হোংলকখিগে।

*অচৌবাঃ (নোকপা) ফি হোংলকখিগে হায়বা ফিদি লায়রদুনা নংগী হকচাং শরু পোলাং অদু ফাওবা পুরকপা য়ারোই। নংনা নিংজরিবা মপুগীমিংখৈ অদুদং শোল্লগা লাকদবনি। মাতনা অবাবা ঈপাক্তু লানবিগদবনি।

লৈমরেনবীঃ অদুবু ইমানা অঙাং পুরকদৌরে অদু ফাওবদি ঙাইবিখোদনা। ইচাশে অমুক্তং পেন্না য়েংজরকখিগে মখজাই অনিমক্তা পেন্ন পেন্ন চুপ্লকখিগে। নংসু য়েংউ নচা নুংশিদরা?

*অচৌবাঃ লৈমরেনবী চৎহৌরশি লাকও নং নচা উরগা অরোইবা খোংথাং থাংদোকপা ঙম্মোইঅদুগা ঐসু নুংঙাইতে। খুদাং পাইদুনা চিংবা।

লৈমরেনবীঃ (নাহে, নাহে, লাওরকই) ইমাগী ইবুংঙোহল ইমা চৎলে। নং ইমাবু বারৌগনুকো নপাবুংনা খুদাং পাইখরে। ইমাগী ইবুঙো!! মনুংলোমদগী ইবেমহল বোবোক্কী মশু নমাসে চোইরোল পারোল য়াম্না লোপ্লে। নমানা চৎলগে হায়রিবসে ইশু ইবেন চংদুনা থিংহৌরুশি। হায়রগা (ইবেমহলনা মমৌনুপী লৈমরেনবী কৌবা) লৈমরেনবী মচা পুরকলে। নচাগা মায়োক্লরো। (মখুৎ চিংবা লৈমরেনবীগী মখুৎ পদ্রাক পদ্রাক তারকপা)

ইবেমহলঃ ইনেমগী লৈমরেনবী ! কল্ল খংলাউ লাউরকই হো ! ইবুঙো ডাক্তর! অনাবা কৈনোমা তৌখ্রে।



ডাঃ থোইবাঃ পরপ পরশ চংলকই মিঙ্গন য়েংই। তাপ তাপ পাইদুনা য়েংইও ! ও ! লোইরেদনা অসিমসু AIDS না পুখ্রবা ইমা ৱাহৌরনু ইমা ঐগী উপাই লৈত্রে নচাবু ঙাকপিয়ু।

ইবেমহলঃ ইবুঙো ডাক্তর নচলসি অমুক্তা কনবিয়ু ইমানা মচা পিশক অসি য়োকপা ঙমজরোই। ইনেমগী লৈমরেনবী !! তেংথাবা ইনেমগী লৈমরেনবী নংবু হল্লকখো নচাসে কনানা য়োকনি।

ডাঃ থোইবাঃ ইমা অনাবসি ঐগী মরুপ অচৌবা সাহেবনা য়ু য়োনবী অমা পান্নরুবদগী মাসু লায়না অসিনা পুখরে। অদুগা ইচলসিসু অচৌবা সাহেবতগী অমুক লৌদুনা ঙসিদি ইচলসিসু AIDS হায়রিবা লায়না অসিনা অদুম পুখ্রে। মসিগী লায়নাসি থিংনবা Medical Science না মশিগী Medicine পুথোক্লবা হোৎনরি।

ইবেমহলঃ ও ! অদুনদি অনাবশিদি য়ু থকপ অমদি হৌজিক কালগী নখোইগী হেরোইন নম্বর 4 নচিংবা থকপ, চাবা মীশিংনা থওই উশিত্তবা, ওক্তবা লমচৎ চৎপা, মীনা ঙাংবা লৌগন্দবা মৱা লৌদে য়াম্না হায়গনবা মীদগী অয়াম্বা শন্দোকপনি হায়বা তাই।

ডাঃ থোইবাঃ হোই য়ু থকপদগী পোকপা অনাবমক নত্রবসু চেকশিন্দবদগী থোরকপনি হায়বা তাই। য়ু থকপা গুম্বা তেব্রেত চাবা হিরোইন নম্বর 4 গুম্বা শিজিন্নবা মীশিংনা চেকশিন্দবা খর হেল্লি। অদুনা লৌনগনবা লায়না অয়াম্বা চেকশিন্দবদগী থোরকপনি ইমা।

তোম্বা হনুবনা ইগুশা ৱারী নুঙাইবরা অঙাংশিংনা পুপুগী ৱারীসিদি য়াম্না ফজে পুক্লিং লৌশিং ওইবা য়াম্না য়াওখ্রে। তোম্বনা পোখারসিকো।

❖❖❖

***ফোংজরবা লাইরিকশিং ঃ***

১। মণিরতন।
২। দ্বাপরদা কে কু লোৎখিবা কলিযুগতা ফোঙবা।
৩। লৈফম থিরকই থন্নাইনা।
৪। ইশানা ইশাবু ঙাকচসি। Song & Drama, Govt. of Manipur Approved.
৫। কবোক্কী নোঙ চুখিব্রা। DDK Imphal Telecast & AIR Approved.
৬। লৌশিং লৈব নাপেৎ। AIR Approved.
৭। ঐথোই মণ্ডলান্দ ওইনা লাকচরগে। AIR Approved.

***ফোংজদ্রিবা লাইরিকশিং ঃ***

১। রাজকুমারী অমবু অউনপোৎ ওইহনখিবা।
২। লুহোংবী শান্নশি হায়নরগা।
৩। নচলবু করিগী হাৎলিব।
৪। পুয়া মখৈ শাফোংলশি।
৫। দেবযানীগী কায়হৌরবা থম্মোই।